# মণিপর শ্রীগোবিন্দ নির্পণ

(মৈতৈ পুৱাণগী ৱা)

লেংঙবা :

৺শ্রীরাজকুমার সনাহল গুনেশ্বর

য়াইস্কুল।

মমল-লুপা ৬০/০

থাকোওবা :—

শ্রীচিরোম সোনাচান্দ সিংহ
হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই,




১ বা থুংনম ১৯৮০ ইং
২ সুবা থুংনম ১৯৯৮ ইং,
কপি—১০০০

স্বত্ব পুম্বা অয়েংবা মীগীনি

মক্কম :—শ্রীগৌরাঙ্গ প্রেস, হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই।

# মারোন অমনিদং

শ্রীগোবিন্দ নিপ'ণ ছায়বা লাইরিক মচা অসি, মৈতৈ পুরাণ কয়া পারুবদা, মৈতৈ লৈবাকী পণ্ডিতশিংনা তুংদা খোকলগদবা য়া ইহুনা থনঘা কয়া খেংনরুবদগী, মহু মতম মতমগী য়াওন মতুং ইন্না লৈবাক প্রজাগী কান্নবা য়া ওইবনা, মহুগী মতুং ইন্না, লৈবাক সাসন পুবিরিবশিংনা থন্নবিনবা ইজবনি।

৺শ্রীরাজকুমার সনাহল গুণেশ্বর।

---

# মণিপুর শ্রীগোবিন্দ নির্পণ

# ৱাহৌরোক

শ্রীগোবিন্দ নির্পণ হায়বসিদা ইরিবসি মরু ওইনা মৈত্রবাকসিগী নিংথৌরেল মৈদিঙু নোংদা লহৈরেল পাখংবগী মতমদা (খৃ:৫৩— ১৫৪) হায়বদি, হৌজিক্কী চহী ১৯৮০ মম্নাঙদা, যুগ ৪ গী হৌখ্রবা, ওইরিবা, ওইরক্কদবা, থঙবা, লাইগী শায়োল ওইবা মৈতৈ পণ্ডিত-শিংনা ইরম্বা, হায়রম্বা পুরণগী ৱানে, পুরাণশিংহুদি :—

১ । নিংথৌরোন শীংকক্ পুরাণ
২ । ,, শীংথা ,,
৩ । লাংওন লাংদাই ,,
৪ । কাইবরোন ,,
৫ । ওমদাই-লৈতাই-লাংদাই "(লৈথক-লৈখারোন পুরাণগীমহুংদা য়াওবনে)
৬ । মতম খোঙলৈ পাফল পুয়া অসিনচিংবা পুরাণগী ৱা ওাক্তনি ।

অম্বুম্বা পুরানগী ৱাসি মতুংগী নিংথৌরোন খুদিংদম্ব মথং মথং হায়নরক্লবা ৱানি ।

মৈতৈ পুরাণগী ৱাসি, লাই মশামক্না হায়রম্বা, অমদি হৌখ্রবা, ওইরিবা, ওইরক্কদবা, (ভূত, ভবিষৎ, বর্ত্তমান) থঙবা লাইগী শায়োন

ওইবা, পণ্ডিতশিংনা হায়রম্বা, ইরম্বা, মরোম্মিনা হৌজিক ফাওবদা থোইনা শোয়রক্লি ।

মথক্কী মরম অসিনা হৌজিক্কী মতম, কুন শুবা শতাব্দী লোই-রমদাইসিদা, লৈবাক পুম্নমক্তা, রাজনীতি, ধর্ম্মনীতিনচিংবগী য়াওন লাকপা, লুরবা, চিরবা মতাং, Criticat time ওইবসিদা, লৈবাক্কী রাজনীতি, ধর্ম্মনতিনচিংবা পুবিরিবা পুকচেল চাউবশিংনা, পুক্রিং চঙনা খল্লবনা, লৈবাক, নিংথৌগী মুঙাই, য়াইফবা ওইগদ্রা হায়না নিংশিংবা ওইনা ইজবনি ।

মসি ঐনা অখণ্ড-অহৈ শানা নিংশিংজবা নত্তে, মরমদি লৈবাকসি লাইগী লৈবাক্লি, মাঙফদবা লৈবাক্লি, অতুনা লাইমক্কা অমদি মতম মতমতুগী লাই ওইরবা অখণ্ড-অহৈশিংনা লৈবাক্কী অরাবা কোক্লবা, মাঙদনবা, নিংশিংনবা চৎনরকপগী মতুং ইন্না, নিংশিংজবনি ।

পুরাণগী রা খুদম ওইনা খরা নিংশিংজরি :—

১ | শীংকক্ পুরাণগী রা :—

(১) নিংথৌ অমা পাল্লগনি । গুরুগা রা কান্নতুনা, লাইরিক শেম্লগনি । গৌরিয়া ধর্ম্ম চৎলগনি । হরি-কৃষ্ণ-বিষ্ণু সংকীর্ত্তণ ভৌরগনি । মৈরম পাংবদগী উহৈ য়ান্দুনা হরি-নিরুপন ভৌরগনি । নিংথৌদো নোংচুপ্লোমদা নোংগাখিগনি । × × × মসি কার্ত্তা নিংথৌনি—(খৃ: ১৭৬২-১৭৯৮), মসি চহি ১৯৮০ গী মমাঙদা মৈত্তৈ পুরাণনা হায়বা রানে ।

(২) শক ১৮১২ দা নিংথৌ অমা ওইরগনি । শক ১৮১৩ দা নোংপোক নোংচুপ-অন্নাং মায়গৈ অহুম য়াম্নরগনি । সনা কৈথেন্দা

তেলংকা মকোক ৫ তাগনে। × × মসিনা ৬৫ সুবা মৈদিঙ্ কুলচন্দ্রনে ( খ্ : ১৮৯০-১৮৯১ ) শক ১৮১২-১৩ দনি। মানা কৈথেন্দা তেলংকা মকোক ৫ তাগনে, হায়বদি (শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক ৫ তাগনে) আসামগী চিফ কমিসনারনচিংবা সাহেপ ৫ হাৎখিবা অহুনি।

(৩) মতুং শক ১৮১৩ দা নাম ফংত্রিবা অপকভানা নিংথৌ ওইগনি হায়বসিনা মৈদিঙ্ চূড়চান্দ চহি৭ সুবা মতমদা নিংথৌ ওইখিবা অহুনি।

(৪) শক ১৮৬৩ দা ওইগদবা নিংথৌদো মমিং ব না হৌগনি, মকোক্তা খুদম লৈবনা পানগনে। মসিনা বোধচন্দ্র নিংথৌনে, মকোক্তা খুদম লৈবা হায়বদি মকোক্তা জটা পুবনে। মথক্তী পুন্নমকসি নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা (খ্ : ৩৩-১৫৪) দা পণ্ডিতশিংনা ইরম্বা শীংকক পুরাণগী রা :—

(১) সিলোং লৈবাক্তগী শান্তিদাস লম্বোইবা কৌথোক্ত্না রামান্দি লমচং চংলগনি, অহুদগী হৌনা মৈতৈ লৈবাক্তী অরাবা হৌরে হায়বা খণ্ড। লৈবাক মথক ওল্লগনি। তৌহৈদবা থিবিক তৌরগনি।

(২) "পাউনম হিদেন মপান্দা কৈদা হিদং মণ্ডমাঙদা।

তরেৎ শেনবু য়েবদি, রাংলেন পুংফাং ফুবদি,

লিক্লাই মরু হুনবদি, তুবি মরু থাবদি হৌদরে।

শেনবী মুকাকলৈ মরু থাবদি হৌহৌরে ॥"

অর্থদি—ইঙ্খাল তুরেলগী পাউনম হিদেন মপান্দা লৈরবা কংলাদা

নিংথৌনা কংলা কম্বাল তোংবদা গর্ভদা য়াওরবা নিংথৌগী মচা অশেংবনদি নিংথৌ ওইহৌদ্রে, কম্বাল তোংদবী মমানা পোকপা অচম্বা নিংথৌ মচানা নিংথৌ ওইহৌরে হায়না পণ্ডিতশিংনা পাউরৌ তৌনা ইরম্বা রানে। × ×

(৩) অসিগী মতুংদা ওইগদবা নিংথৌদি, চরাইরোংবগী ঈনা নিংথৌ পইগনি। মৌগী লমচং ফাজবা তোল্লগনি। ইপা ইপুগী লমচং চাকচা হনজিল্লগনি। মসিনা ৪৬ শুবা মৈদিঙু খাগেম্বা (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) হাক্কা মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা খাগেম্বা নিংথৌগা ঙাংনবা রানে। × ×

৩। ঙমদাই লৈতাই লংদাই পুয়ান হায়রি :—

চহি ২০০ গী মতুংদা থোক্লগদবা রাবু, খৃঃ ১৭৯৮ শুবদা কার্ত্তা মহারাজগী মফমদা ভাসপতি শর্ম্মনচিংবা পণ্ডিতশিংনা হায়য়ে, "হে মহারাজ। চহি ২০০ গী মতুংদা লৈবাকসি মরুপ ৩ থোক্না য়াম্লহনা শিনবা তারি।—১। থাংহি ঙাঙোই 'পু' অমা। ২। নোংপোক খপ্লাং-পনশাবা পু অমা। ৩। অরাং লাল্লুম্বা থাংমৈ মারহনবা খোঙগাবা পু অমা। পু ৩ অসি য়াম্নবা তারি। অরাং লাল্লুম্বা মারহনবা পুনা পোৎলোই অমা সেমহনা অনৌবা যাত্রা হনবা পানবদি পানদৌরি। মসি কোক্নবা মরম শীনবিনবা হঙ্গং-চবনি।" × × মসিদা কার্ত্তানা শ্রীগোবিন্দ পূজা তৌজবদা,

শ্রীগোবিন্দনা কার্ত্তাদা হায়—নংনা পু ৩ গী লান কোক্নবা হায়রিবহদি চহি ২০০ গী মতমদা ওইগদবা লান্নি, মতম অদুদি ঐ লৈররোই। নংগী মরমগীদমক ঐনা মফমসিদা লৈগদবদি চহি

১০০ তনি। ঐনা মরমছু ঙাকপা মতম নত্রে। অছুবু নংনা হায়জরবনিনা, ঐগী মহৌশা হৌফমদা, অমুক হন্না পামেল থৈবোং ওইনা হৌছুনা মতমছু ঙাইছুনা লৈগে। ঐগী শক্তিনদি মতমছুদা ঙাকপা ঙম্বা শক্তি নত্রে। মতমছুদা ওইরগদবা বৈকুণ্ঠ নাথগী শক্তি অছুবু ঐনা ওইছুনা নির্পণ তৌরগা, নংগী অরাবা অছুবু ঙাক্লবা তৌগে। পুরাণনা হায়বগী মতুং ইন্না, কাইনাদগী ২ সুবা থৈবোংবু খৃ: ১৯৫০ দা বোধচন্দ্র মহারাজনা য়ান্দুনা, বৈকুণ্ঠ নাথ নির্পণ তৌরম্লিবা অসিনি।

মতমছুদা ওইবদি চরাইরোংবগী ঈনা নিংথৌ ওইও। চরাইরোংবা কৌবদি খাগেম্বা কৌএ, অছুগা নবুধৌ পাখঙবগী লাংওনবনা নৌনা চুক ফাজৌও; ফমলেন লুচিং ফংগনি। ঐনা থোরকপা মতমদা ঐ অসি কবো ইথিং খোংবান্দা চৎঙমগনি। ঐগী ইছুং শিন্না থোকঙম্বা অছুনা কংলৈ পুংমায় লেপতুনা লৈবাকসি পান্দুনা শেমহৌসন্নু। × × ×

৪। কাইবরোন পুরাণনা হায়রি :—

হে নিংথৌ খাগেম্বা! নপোক ৩ লক সুবগী মতমদা, মৈতৈগী পারি, পুরি খিবিক মাঙলদনে। চাকচা ফিজেৎ অমা তৈনা চারদনে, শেৎলদনে। নোংচুপ্লোমগী বামোন্না রায়েল থৌদানা পাল্লদনে। মতমছুদা নংনা বামোনগী লাই-তীন তানথোক্লুনা তুবি নয়োন চোং লাইরেন ফলাংমৈদা তোংছুনা, মৈতৈ লমচৎ অরিবা হঞ্জিল্লদনে। মসিগী পান্দমদি, লাংওন নিংথৌনা ওইরবা মতমদা কৈরোয়, হাও, ময়াং পুম্বা ঙম্না চাউরদনে। লাংওন নিংথৌদগী শিনগদবা

নিংথৌদি, লাইরেন মৰূম্মা কোকপা নিংথৌনে। লাইরেন মৰূম কৌৰদি চৱাইরোংবগী ঈনে থঙও।

৫। মতম থোঙলৈ পাফলম পুম্নানা হায়ম্নি :—

ৰাঙম অতাম্বদগী চেক্লানা :- কাক, কাক; করি পাউনো? ময়াং পাউনে। করি হায়গগে? অহিং অমা লেক্কে? লেকফদে। চাক চথোম অমা চাগে? চাফদে। ঈশিং থুম্না অমা থক্কে? থকফদে। য়েংলোম চংকে? চংফদে। ওইরোম চংকে? চংফদে। নকোক লানগে? লানফদে। নক্রাঙ লীংকে? লীংফদে। হা খোমদোন মৈরোবী চেংনা য়াল্লো? হোয় হোয়।

অসুম্না ময়াংনা নিংথৌ ওইবা মতাংদা লৈবাকসি চংফম লৈরোই; ৰাদৌরিদা! হে খেংগ্রা! মতাং অসি লাকয়েন ওংদাই মতম য়ৌরক্কে। লৈবাকসি মাঙফদবা লৈবাক্কে। চীঙ্ যালেম লৈশেম্বনা হান্না শেম্লগা, কোম্না মফম অসিদা লোইরবা লৈবাকনে। × × ×

খেংগ্রা, মাইচৌনা লাইনিংথৌ খুঙ্গাওবদা লীরম্বা ৰানে (খৃঃ ১৬৫২-১৬৬৬) দা। হরি হয়া হে খয়ুম লাইনিংথৌ! লাংদাই পুয়াগী ৰাবু হায়গে, চীঙ্ খয়ুম লাইগী লাইবাউবু খেংগ্রা ঐনা হায়বনে। × × ×

মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না, তমদা তারক্লগা, মথেক ৩ থেকপা লাইমক্কা লোয়ররনি। মতৌ মওং অতুনা ইরমলেনবু মীরম্লেন্দা তিনগ্নানি। মৈত্তৈ লৈবাকপূ মীতোপ্পা থুল্লিংগ্নগনি। কলংকই। নরমলাই অরিববু মীরায়বদি, নরৈবাকপূ মীরৈবাক ওইগ্নগনি।

মতম ভাক্কে, মথেক ও থেকপা, মকোক্তা রাহোং মতু থেংপা মহাক্কো, কংলাগী নিংথি থোংবান্দা মথরাই চুপ্পনি। মহুবু পাখংবা কোন্চত্তবা কৌএ। × × ×

মতাং অমনা পাখংবা লোইবী চীংদা কাহ্নুা হাওদা তোংহ্নুা, অরাং হাও ভাওবা হৌরক্লবদি, মতাং অমা লাক্লে হায়না খঙও। ×

লাংদাই মতম অহুদা, নোংপোক হারমনা সোইদনা লাল তারক্কুনা, নোংপোক থোঙ হাংলখিগনি। মতম অহুরাইদা কাক নিংথৌ চৎনা লম্বী ভাপ্রুম চীংজেংদা শেমলনি; কাক নিংথৌ চৎকম লম্বীনে হায়বা খঙজৌও। × × ×

মতাং অসিদা শেল চঙুপ চগাই য়াম্না থোরক্লবদি, য়াংমা কাক নিংথৌগী মতম লোইগদৌরে। নোংপোক্লা নোংচুপ পাংনা থোঙ-দারক্কনি, নোংপোক্তি থুমন অরিবা মরু থুগ্লগদবনে হায়বা খঙও।

অমুম্বা তুংদা থোক্লগদবা রা পুরাণনা ইরম্বা মরোম্নে। অহুম্বা থোক্লগদবা পুরাণগী রানা মরু ওইনা ইবা লাইরিকনে। পুরাণশিং অহু মথাদা শক্তোক্লা ইরি।

# মনিপুর শ্রীগোবিন্দ নিপণ

## কাইনা লমদমগী মৈহৌরোল

মণিপুর লৈবাক্কী নোংপোক মৈরম পাংবদা, সেলোই লংমাই-চীং কোবা চীংগী থা থংবা চীংশাগী চীংখোঙদা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংখৈরাকপা হায়বা অমা লৈরমই। মহাক্কী মচানুপী মমোম পুরিবী কৌবী অমগা, মপারী পুরাবা কৌবা অমগা অনি পোক্তুনা মুংঙাইনা পাল্লমই।

কাইনৌ চীংখৈরাকপনা নোংমা, মপারী, মমোম অনিগী মতীক মথৌনা কয়া লৈবগে য়েংগে হায়তুনা, 'মপারী, মমোম অনিমক্তু' কৌতুনা হায়রমই,—পারী ইবুঙো পুরাবা! নহাক্কী নতীক নথৌ-নানা লাংবন উয়ুংগুক তোন্দোংবা অসি, নিংসা স্বরনা কামথায়য়ো, ইপা য়েংগে হায়রবদা, মপারীনা স্বরনা কাম্ববু উয়ুংগুক অতু কায়বা ঙমদ্রে।

মমোম পুরিবীদা, হায়রে, ইমোম নংনা, খুদা থারিবা মুং অসি স্বরনা কামথায়য়ো হায়রবদা মমোম পুরিবীনা স্বরনা কাম্বদা লাইগী নোংদমদগী মুং অতু কায়রে।

মতৌ অতু উবদা, লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংখৈরাকপনা হায়খি, ইমোম পুরিবী নংদি, ইমোম্মি হায়বদা লেমজনিঙাইনে, ইপারি, পুরাবা নংদি, ইপারিনি হায়বদা লেমজনিঙাই ওইদে, নিপা

ওইবগী নতীক নঙাল য়াওদে, ইপাগী নাক্তা লৈরহু, হায়না তাম্থোকখি ।

মপানা তাম্থোক্লবদা, পুরাবা অঁসি মপাগী নাক্তা লৈবা য়াত্র-হুনা, ময়ুমদগী থোরকপদা, মচে পুরিবীনা কপ্ত্না হায়রকই, ইহু নিংথৌ লংমাই পুরাবা ! নহাক্না করিসু চাদা থক্তুনা চংখিগদৌবসি ইচেনা থল্লুবদা ইচেবু চা-থক্ত্না লৈহৌবা ওয়োইদৌরে, ইচেনা থোংবা চাক চাত্রবসু, ইহুনিংথৌ নংনা য়াংদৌ লমখাওদা চানবা চেং থরা হাপ্লিগে হায়না, মপা লংমাই নিংথৌ উদ্রিঙৈদা মৌপ্াগীদমক চেং মচং থরা মক্কিদা পুন্দুনা পিখি ।

লংমাই পুরাবনা, মচেনা হাপলংপা চেংহু পুহুনা লাথাই কান্দোং চীংদা ( নোংমাইজীংগী মথা থংবা চীংশাদা ) কাখৎপদা, নাম্থহুনা চেং অহু হৈদোকখি । তুবগী অনাবা খাওলিঙৈদা, রাবা নিংথৌ চেংচাবনা (লময়েন) হৈদোকপা চেংহু খুন্দুনা চাথোকপ্রে । মহু উবদা, লংমাই পুরাবনা হল্লক্ত্না মচে পুরিবীদা হায়রকই, ইচেনা হাপ্লিবা চেংহু নাম্থ্হুনা হৈদোকপদা, রাবা নিংথৌ চেংচাবা অমনা চাপ্রে, অনৌবা চেং অমুক্তা পীখো হায়জে ।

মচেনা হায়, ইহু নিংথৌ ! লাং থাক্ত্না রাবা নিংথৌহু ফাও, হায়হুনা মচেনা লাংগা, চেংগা অমুক পিহুনা পুরাবনা মহু পুহুনা লাক্লে । মাগী তুকম অহুদা চেং-হৈদোক্লগা, লাং থাকপদা, রাবা নিংথৌহু লাংদা থ্হুনা লংমাই পুরাবনা রাবহু ফারে । রাবহু ফারবদা, পুরাবনা হায়, রাবা নিংথৌ ! নহাকী নকোক, নশা অনি, নথোঙ অসিনা ঐগীনি, নশা হকচাং অসিনা ইচে পুরিবীনা পীব্লগে হায়রবদা ;

রাবা নিংথৌহুনা হায়খি,—লংমাই নহা পুরাবা! রাবা ইথু-তোন, কাইরৈ ইশাতোন, তাওজা লুরেনতোনবু করিগী জৌগদগে? চেক্লা ঙহকচাংবু নচে পুরিবীদা করিগী পীরুগদগে? চেক্লা ঐবুহুম লুনা চান্না য়োকচৌ, রাবা ঐনা অমুক খোংবদা নরান মোংবা য়ুমদাং শাং, য়ুমথু মনিন নাই, তালোই মখন নাই, য়ুম্নলেন মখন য়ান্নবু লনকুবিগে। রাবা ঐনা অমুক খোংবনা, কাওরেন মনকোন থন, তয়ুম নাইকোন থন্, সোইখোং ওা চওববু লন্কুবিগে হায়রবদা, লংমাই পুরাবনা রাবহুবু লুনা চান্না য়োকচবদা, রাবা নিংথৌনা হায়নখিবা রাগী মতুং ইন্না, লংমাই পুরাবদা ময়ুম মকৈ মরন-মথুম, মবণ-মনাই, মতু মচা পীহুনা লংমাই পুরাবনা অরাং অপা লৈতনা, য়ান্না হুওাইনা, মরাং কায়না লাখাই ফান্দোং চীংদা পানখি।

অসুম্না লংমাই পুরাবনা, মরাং কায়না পানখিবা মফমনি হায়বগী লমদম অসিবু লয়েন কাইনা লমন্নংশি, লাখাই ফান্দোং চীং কাইনা হায়না কৌনখি। মরাং কায়বা, অরাং অপা লৈতবা লমদম কাইনা হায়বা লমদমগী তময়া অসিদা, তাইবংপান মপু হরিনা, থৈবোং পান্থী ওইনা শায়োনখি।

# শ্রীগোবিন্দ নির্ণগী থৈরোং শাস্ত্রী

মণিপুর সনা লৈবাকসিগী নোংপোক্তা লৈবা লংমাইজীং কৌবা চীংসিগী খা পাংনা শমথখিবা চীংশাদা, লম্লেন কাইনা কৌবা লমদমদা লৈবা, পাঙন্মম শাগৈগী মন্নুংদা, ভাইব পান মপুগী মনাই ওইবা, ইমুং অমগী নিপা অমনা, নোংমগী মুমিত্তা থৈবোং মন্নুংদা স্নুপ্নগী থৈবোং মরু অনিথক্তা য়াওরমই ।

নিপা অছুনা, ওইথোক্তবা মতৌনি হায়ছুনা. থৈবোং মরু অনিছু মাগী ইমুং মন্নুংগী ফুঙ্গা লাইরুদা থম্বা লাইকগী চফু মন্নুংদা হাপতুনা থমখি । মমাংঙৈদা মৈত্তে যুমথোং খুদিংগী ফুঙ্গাগী হেক নোংচুপ থংবদা ফুঙ্গা লাইরু হায়ছুনা, চফু মচা অমা লৈবাক্তা ফুমছুনা থম্নে ।

মতম খরা লৈরগা লাইগী নোংদমদগী থৈবোং মরু অমা, মত্তোন চোংছুনা হৌরক্লে । ইমুংদগী নিপাছুনা, ফুঙ্গা লাইরুদগী চফুছুগা লোয়নননা মত্তোন চোংলিবা থৈবোং মরুছু ফুরুগা, কাইনা লমদমগী নোংপোক থংবা চীংমায়গী, লোকমায় মত্তা ফবা তময়াদা. থৈবোং মত্তোন চোংছুনা হৌরিবা চফুছুগা, লোয়নননা, হরিগী সেবা চৎনবা হায়না. নিংথিনা কোলোম শেমছুনা থাজে ।

অস্নুম্না, মত্তোন চোংলবা থৈবোং অছুনা, নীংথিনা হৌছুনা চাউরক্লবদা, মপুগী নোংদম্না, হরি মাগী শায়োন লাংগন শক্তিবু

পোকহনগে হায়হ্নুনা, থৈবোং অদুদা হরি মাগী শক্তি শায়োন চঙবিখি।

মৈতৈ নিংথৌ কার্ত্তানা, তেখাও ( আসাম ) লৈবাক্তা লাল চেনবা মতমদা, হরিনা থৌজান পীবিগে খল্লুনা, মঙদা, লমলেন কাইনা লমন্নুংশিদা পামেন থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌদুনা লৈরমগে, নংনা থৈবোং অদুনা, ঐগী শক্তম শারগা, সেবা ফংজৌ তাকপিখি।

অস্নুম্না কলিগী কুমশিং ৪৮৭৭ শুবা, শাকাব্দ ১৬৯৮, খৃঃ ১৭৭৬ শুবদা, অদুম্বা কাইনা চীংগী তময়াদা থাহনা হৌবা থৈবোং পাম্বীদু মরু য়াওনা ফক্লগা, মৈতৈ নিংথৌ কার্ত্তনা, শ্রীগোবিন্দ-নচিংবা লাই ৭ নিরূপন তৌদুনা, মণিপুর প্রজাগা লোয়ননা, হরি মাবু সেবা ফংজরি।

মতুংদা শীংথা পুয়ানা হায়বা মতুং ইন্না, অদুম্বা থৈবোং পাম্বীদগী হরি মাগী শায়োন ওইবা ; শ্রীগোবিন্দগা পাথংবগা অমত্তা ওইনা শায়োন তিন্নবা শক্তমবু, সেবা চংচবা মতমদা, মৈতৈ লৈবাক্কী পণ্ডিত, ব্রাহ্মনচিংবনা. তুংদা থোক্লগদবা, পু ৩ গী লানবু, কার্ত্তা নিংথৌদা কোক্লবা তৌবিন্নু হায়জরবদা, কার্ত্তা নিংথৌনা, মরমতু কোকপিনবা শ্রীগোবিন্দদা, পূজা তৌদুনা হায়জবদা, হরি মানা, অমুক মহাত্তুনা মহাক ওইবা শক্তি অমা, মথক্কী থৈবোং মরু অনিদুগী অমদুনা অমুক থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌদনা, মতম ঙাইদুনা লৈখি।

শঃ ১৮৭২, খৃঃ ১৯৫০ গী মন্নুংদা, মৈদিঙু ৺বোধচন্দ্র নিংথৌনা, অনিশুবা পামেল থৈবোং পাম্বী অদুবু মতম চাদনা

য়াল্লগা, হরিগী শক্তম বৈকুণ্ঠ নাথ, কোলোয় মিংছন্দুনা, মতম থরা সেবা ফংজখি।

উক্ত থৈবোং মরূ ২ ফংহুনা থাবা নিপাসি, কাইনা লমদমগী পাওহম ওমাসিং কৌই হায়রি।

চীংমী হুপীগী চাক, হরি মানা চায় হায়বা অসি, কাইনাগী মথা থংবা চীংমায়দা তাবা, লিসম্‌ লোক্‌ কৌবা থুল অছুগী তাংখুন জাংকী চীংমী হুপীনি। থৈবোং হৌফমগী, মথা থংবদা চীংদা তাবা থুম্নি। মসিগী মরোন মথাদা ওগায়না হায়রকখিগনি।

# নিংথৌরোন শীংকক্ পুরাণগী বা

তাইবংপান মপু শিদববু থুরুম্না, নিংথৌরোন শীংকক্ কৌবা পুরাণগী রাবু ইজরকে। শীংকক্ পুরাণ অসিদি কলিগী কুমশিং ৩১৩৫, খৃঃ ৩৩ শুবা মতমদা, মৈদিঙু তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা (খৃ: ৩৩—১৫৪) চহি ১২০ অচুগী মম্লুংদা, মৈত্রবাক্কী লহাংশ্বা, কুরুম্বনচিংবা পণ্ডিতশিংনা ইরম্বা পুরাণনে।

অদুম্বা শীংকক্ পুরাণগী রাসিবু, মৈতৈ লৈবাক্কী মিংনাইবা গুরু পণ্ডিত ৭ :—

১। অপোই মচা
২। য়ুম্নাম তোম্বা
৩। ওক্রম্বা সনামহি
৪। মোইরাং শাথি
৫। খোঙা থুন তেপিপা
৬। কবুই তোনপা
৭। লানশোনবি ফৌতি।

মথোয় পণ্ডিত ৭ মক অসিগা, লাইনিংথৌ খাগেম্বগা (খৃ: ১৪৯৭—১৬৫২) কংলাগী ওকশঙদা ফমদুনা, নিংথৌরেন শীংকক্ পুরাণগী রাবু হায়নখিয়ে।

হয়িচক, হয়াচক, খুন্নুংচক, লাংবচক, চক মরিমকী য়াব্ হায়তুনা, লাইনিংথৌ খাগেম্বব্ তাহনখি। গুরুশিংনা হায়এ, হে খাগেম্বা! লাংবচক্কী মনুংদা, গুরুনা হায়া সেম্বা. হঙোইগী মশক মানবা, মমিং মরিয়া ফম্বানবা কৌবনা, কুমশিং ৭ নিংথৌ ওইএ।

অহুগী মতুংদা, নোংথৌ মঙোন্দগী, পোং নিংথৌ কৌবনা কুম্লক্না, খুংশু খুংলায়গা লোয়নবা কুমশিং ৫ চুপ্পা লৈবাক ঙাকলেএ। অহুগী মতুংদা,

১। লাইনিংথৌ পাখংবনা, মৈদিঙু তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌনা, কলি কুমশিং ৩০০০, ১০০, ৩৫ শুবদা কংলৈ মপু ওইনা পানখি (৩১৩৫)।

নোংদা লাইরেন পাখংবা খৃঃ ৩৩—১৫৪ ফাওবা চহি ১২০ পানখি।

(শকঃ মাঙ) ৪১—শঃ ৭৬

অসিগী মতুংদা

২। মৈতিংঙো খোইবা তোম্পোক্পা শঃ ৭৬-১৮৬। খৃঃ১৫৪-২৬৪ ফাওবা চহি ১১০ পানখিয়ে।

৩। মৈতিংঙো তাওথিংমাংনা শঃ ১৮৬-২৮৬। খৃঃ ২৬৪-৩৬৪ ফাওবা চহি ১০০ পানখি।

৪। মৈতিংঙো খুইনিঙোম্বনা শঃ ২৮৬-৩০১। খৃঃ ৩৬৪-৩৭৯ ফাওবা চহি ১৫ পানখি।

৫। মৈতিংঙো পেংশিবনা শঃ ৩০১-৩১৬। খৃঃ ৩৭৯-৩৯৪

৬। মৈতিংঙো ক্যাউথঙবনা শঃ ৩১৬-৩৩৩। খৃঃ ৩৯৪-৪১১ ফাওবা চহি ১৭ পানখি।

৭। মৈতিংঙো নাউথম্বনা শঃ ৩৩৩-৩৫০। খৃঃ ৪১১-৪২৮ ফাওবা চহি ১৭ পানখি।

৮। মৈতিংঙো নাউফংবনা শঃ ৩৫০-৪৪০। খৃঃ ৪২৮-৫১৮ ফাওবা চহি ৯০ পানখি।

৯। মৈতিংঙো শমৈরাংনা শঃ ৪৪০-৪৯০। খৃঃ ৫১৮-৫৬৮ ফাওবা চহি ৫০ পানখি।

১০। মৈতিংঙো উরা কোন্থৌবনা শঃ ৪৯০ — ৫৮০। খৃঃ ৫৬৮—৬৫৮ ফাওবা চহি ৯০ পানখি।

মতুংদা চহি ৫ নিংথৌ কাংখি।

১১। মৈতিংঙো নাউথিংখোংনা শঃ ৫৮৫ — ৬৮৫। খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩ ফাওবা চহি ১০০ পানখি।

১২। মৈতিংঙো খোঙতেকচানা শঃ ৬৮৫—৬৯৫। খৃঃ ৭৬৩-৭৭৩ ফাওবা চহি ১০ পানখি।

মতুংদা চহি ১১ নিংথৌ কাংখি।

১৩। মৈতিংঙো কৈয়েনচানা শঃ ৭০৬ — ৭২১। খৃঃ ৭৮৪-৭৯৯ ফাওবা চহি ১৫ পানখি।

১৪। মৈতিংঙো য়ায়বা শঃ ৭২১ — ৭৪৩। খৃঃ ৭৯৯-৮২১ ফাওবা চহি ২২ পানখি।

১৫। মৈতিংঙো অয়াংবা শঃ ৭৪৩—৮৩২। খৃ ৮২১-৯১০ ফাওবা চহি ৮৯ পানখি।

১৬। মৈতিংঙো নিংথৌচেং শঃ ৮৩২—৮৭১। খৃঃ ৯১০-৯৪৯ ফাওবা চহি ৩৯ পানখি।

১৭। মৈতিংঙো চেংলৈ ইপান্ লান্থাবা শঃ ৮৭১-৮৯১ খৃঃ ৯৪৯-৯৬৯ ফাওবা চহি ২০ পানখি।

১৮। মৈতিংঙো য়াংলৌ কৈক্ষাবা শঃ ৮৯১-৯০৬। খৃঃ ৯৬৯-৯৮৪ ফাওবা চহি ১৫ পানখি।

১৯। মৈতিংঙো ইরেংবা শঃ ৯০৬— ৯৯৬। খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪ ফাওবা চহি ৯০ পানখি।

২০। মৈতিংঙো লোয়ম্বা শঃ ৯৯৬— ১০৪৪। খৃঃ ১০৭৪-১১২২ ফাওবা চহি ৪৮ পানখি।

২১। মৈতিংঙো লোইতোংবা শঃ ১০৪৪—১০৭২। খৃঃ ১১২২-১১৫০ ফাওবা চহি ১৩ পানখি।

২২। মৈতিংঙো অতোম য়োইরেম্বা শঃ ১০৭২—১০৮৫। খৃঃ ১১৫০-১১৬৩ ফাওবা চহি ১৩ পানখি।

২৩। মৈতিংঙো হেমতৌ ইরান্ থাবা শঃ ১০৮৫—১১১৭। খৃঃ ১১৬৩-১১৯৫ ফাওবা চহি ৩২ পানখি।

২৪। মৈতিংঙো থরান থাবা শঃ ১১১৭-১১৫৩। খৃঃ ১১৯৫-১২৩১ ফাওবা চহি ৩৬ পানখি।

২৫। মৈতিংঙো চীংথাং লানথাবা শঃ ১১৫৩—১১৬৪। খৃঃ ১২৩১-১২৪২ ফাওবা চহি ১১ পানখি।

২৬। লৈবাক ঙাকপা থিংবাই শেনহোংবা (মহাকসি পাণ্ডব শ্রী ধারা নত্তে) মানা শঃ ১১৬৪—১১৬৯। খৃঃ ১২৪২-১২৪৭ ফাওবা চহি ৫ লৈবাক ঙাকখি।

২৭। মৈতিংঙো পুরাণ থাবা শঃ ১১৬৯-১১৮৫। খৃঃ ১২৪৭-১২৬৩ কাওবা চহি ১৬ পানখি।

২৮। মৈতিংঙো খুমোম্বা শঃ ১১৮৫—১২০০। খৃঃ ১২৬৩-১২৭৮ কাওবা চহি ১৫ পানখি।

২৯। মৈতিংঙো মোইরাম্বা শঃ ১২০০—১২২৪। খৃঃ ১২৭৮-১৩০২ কাওবা চহি ২৪ পানখি।

৩০। মৈতিংঙো থংবি লানথাবা শঃ ১২২৪—১২৪৬। খৃঃ ১৩০২-১৩২৪ কাওবা চহি ২২ পানখি।

৩১। মৈতিংঙো কোঙয়াম্বা শঃ ১২৪৬—১২৫৭। খৃঃ ১৩২৪-১৩৩৫ কাওবা চহি ১১ পানখি।

৩২। মৈতিংঙো তেলহৈবা শঃ ১২৫৭—১২৭৭। খৃঃ ১৩৩৫-১৩৫৫ কাওবা চহি ২০ পানখি।

৩৩। মৈতিংঙো তোনাবা শঃ ১২৭৭—১২৮২। খৃঃ ১৩৫৫-১৩৬০ কাওবা চহি ৫ পানখি।

৩৪। মৈতিংঙো তবুংবা শঃ ১২৮২—১৩১৭। খৃঃ ১৩৬০-১৩৯৫ কাওবা চহি ৩৫ পানখি।

৩৫। মৈতিংঙো লাইরেম্বা শঃ ১৩১৭—১৩২২। খৃঃ ১৩৯৫-১৪০০ চহি ৫ পানখি।

মতুংদা চহি ৫ নিংথৌ কাংখি।

৩৬। মৈতিংঙো পুনশিবা শঃ ১৩২৬—১৩৫৪। খৃঃ ১৪১৪-১৪৩২ কাওবা চহি ২৮ পানখি।

৩৭। মৈতিংঙো নিংথৌখোম্বা শঃ ১৩৫৪—১৩৮৯। খৃঃ ১৪৩২-১৪৬৭ কাওবা চহি ৩৫ পানখি।

৩৮। মৈতিংঙো ক্যাম্বা শঃ ১৩৮৯—১৪৩৩। খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ ফাওবা চহি ৪১ পানখি।

মসমা হাক্তক অসিদা পোং নিংথৌ খিখোম্বনা সনাগী য়াকোক্তা হাপতুনা খৃঃ ১৪৭০ শুবদা বিষ্ণু পিরৈএ। কুম অমদা তেলঙ্কানা বিলাস্তি ফংজৈএ। তেলঙ্কা মখোয়না পানগদবা চহি ৪০০ নে। চহি ৪০০ অহ্ সুরগা সৌকরা পন্দগী নোংপোক থংবা তেঙ্গোঙ্গা তুগনে। শঃ ১৪৭০ অসিদগী হৌনা মৈতিংঙো ক্যাম্বনা লমাংদোংদা বিষ্ণুবু হরি সংকীর্ত্তণগা লোয়ননা পুজা তৌএ; বিষ্ণু লৈএ হায়বগী লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌএ। বিষ্ণুপুরদা লৈবা মখোয় (ময়াং কালিশাগী) জাৎপু বিষ্ণুপুরীয়া কৌএ (বিষ্ণুপ্রীয়া হায়বা নত্তে)।

৩৯। মৈতিংঙো কোইরেম্বাশ: ১৪৩০-১৪৩৪। খৃঃ ১৫০৮-১৫১২ ফাওবা চহি ৪ ওইয়ে,

৪০। মৈতিংঙো লমক্যাম্বা শঃ ১৪৩৪-১৪৪৫। খৃঃ ১৫১২-১৫২৩ ফাওবা চহি ১১ ওইয়ে,

৪১। মৈতিংঙো নোংইন ফাবা শঃ ১৪৪৫-১৪৪৬। খৃঃ ১৫২৩-১৫২৪ ফাওবা চহি ১ ওইয়ে,

৪২। মৈতিংঙো কবোম্বা শঃ ১৪৪৬-১৪৬৪। খৃঃ ১৫২৪ ১৫৪২ ফাওবা চহি ১৮ ওইয়ে,

৪৩। মৈতিংঙো তাঙজাম্বা শঃ১৪৬৪-১৪৬৭। খৃঃ ১৫৪২-১৫৪৫ ফাওবা চহি ৩ ওইয়ে,

৪৪। মৈতিংঙো চলাম্বা শঃ ১৪৬৭-১৪৮৪। খৃঃ ১৫৪৫-১৫৬২ ফাওবা চহি ১৭ ওইয়ে,

৪৫। মৈতিংঙো মুংয়াম্বা শঃ ১৪৮৪-১৫১৯। খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭ ফাওবা চহি ৩৫ ওইয়ে,

মৈদিঙ্গু সিগী সনা হাক্তা খৃঃ ১৫৭৪ স্তুবদা খাগী (চীনা) লৈবাক্কী পিয়াঙ্গ্ নিংথৌনা, খাগী লৈবাক্তা লাক্লবা ভমদ্রবা ময়দানা কৌবা নিপা অমবু মনিপুরদা থারকখি। মৈদিঙ্গুনা মরুথৌ পাখংববু ঈরাং থৌনিজবদা, থাঙ-খৌবোম্বা, খংস্তুনহা তা ফংতুনা মতুনা ময়দানাবু হাংখি। খাগী নিংথৌনা সনা লুপানচিংবা খুদোন পোৎকা লোয়ননা লৈহাও পাম্বি অমগা পুরক্তুনা মৈদিঙ্গুদা কৎলগা, লৈহাও পাম্বিচু থারমই, মতু খাগী লৈহাও হায়না খঙনরি। ইতিহাসকী মরমদা খৃঃ শদাব্দী ১৬ শুবা মতমদা চীনাবুদি মৈতৈনা খাঙ, তাগী মহৈদা চাওখংপা হেল্লি হায়বগী খুদম ফংই।

৪৬। মপাবুংগী মতুংদা হে লাইনিংথৌ খাগেম্বা নংনা পাল্লিবসিনে। নপাবুংনা খাগী + ওম্বা চহিদা পোকই হায়তুনা নমিংবু খাগী + ওম্বা = খাগেম্বা হায়না মিংথোন কৌখিএ। শঃ ১৫১৯-১৫৭৪ (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) চহি-৫৫-নে।

খাগেম্বা সনা হাক্তকী পণ্ডিতশিংদি—

১। অপোই মচা
২। ওক্রম্বা সনামহি
৩। য়ুম্নাম তোমবা
৪। খাইদেম তেনবা
৫। সলাম সনাবা
৬। মোইরাং শাখি

৭। খোঙা খুন তেসিপা

৮। কবুই তোলপা

৯। লানশোনবী কৌন্তি

১০। লাইশ্রম তোম্বু ময়ুনশিরাম

১১। লাইরিকয়েংবম মোনসুমৈ অসিনচিংবনে।

গুরুশিংনা হায়এ, হে লাইনিংথৌ নংগী নতুংদা ওইরক্কদবদি—

৪৭। নিংথৌ অমনা শঃ ১৫৭৪-১৫৮৮ (খৃঃ ১৬৫২-১৬৬৬) চহি ১৪ পাল্লগনি। (মৈতিংঙো খুঙ্গাওবা)

৪৮। নিংথৌ অমনা শঃ ১৫৮৮-১৬১৯ (খৃঃ ১৬৬৬ ১৬৯৭) চহি ৩১ পাল্লগনি। (মৈতিংঙো পাইখোম্বা)

৪৯। নিংথৌ অমনা শঃ ১৬১৯-১৬৩১ (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) চহি ১২ পাল্লগনি। (মৈতিংঙো তুবী চরাইবোংবা)

৫০। নিংথৌ অমনা শঃ ১৬৩১-১৬৭০ (খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮) চহি ৩৯ পাল্লগনি। শঃ ১৬৩৩ দা পাথংবগী কুমশিং শুরে। মতুংদি সনামহীগী ওইরে। শঃ ১৬৪২ দা নবুথৌ সনামহিনা নোংচুপ্তা চংলগনি, তন্না হল্লকনি। কুমশিং ১৬৪৭ তা তথেনগা, পাইখুগা অনিমক্কা চায়নরগনে। অনিমক শুমগনি। কুমশিং ১৬৬৭ তা পাই-খুদা থৈরগনে। মতুং কুমশিং ১৬৭১ শুবদা নিংথৌদো নোংপোক্তা নোংসা থরাই মাঙলগনবনে।

(মৈতিংঙো গরীবনিরাজ পামহৈবা)

৫১। অসি মতুংদা নিংথৌ অমনা পাল্লগনে, নহাক নোংচুপ্লোম চংখিগনে। (মৈতিংঙো জীৎমাই খাগী লানথবা শঃ ১৬৭০-১৬৭৪ + খৃঃ ১৭৪৮-১৭৫২ চহি ৪)

৫২। অসি মতুংদা নিংথৌ অমন চহি ২ পান্নগনে। মেন চোংলগনে। মহাক নোংপোক্লোম চংখিগনে। (মৈতিংঙো ভারত শাই শঃ ১৬৭৪-১৬৭৬! খৃঃ ১৭৫২-১৭৫৪ চহি ২ পানখি)

৫৩। মতুংদা নিংথৌ অমনা চহি ৫ ওইগনে।
(মৈতিংঙো মোরাম্বা গৌরশ্যাম খৃঃ ১৭৫৩— ১৭৫৯ চহি ৫ পানখি)

৫৪। মতুংদা নিংথৌ ১ না পানগনে শঃ ১৬৮১—১৭২০। খৃঃ ১৭৫৯—১৭৯৮ চহি ৩৯ পানখি।
(মৈতিংঙো কার্ত্তা, চীঙথংখোম্বা জয়সিং ভাগ্যচন্দ্রনি)।
গুরুশা রা তাম্নচুনা লাইরিক শেমগনি; গৌরিয়া ধর্ম্ম চংলগনি।
হরি কৃষ্ণ বিষ্ণু সঙ্কীর্ত্তণ তৌরগনি।

মৈরম পাংবদগী উহৈ য়ান্দুনা হরি-নিরূপণ তৌরগনি। মচা ৯ পোকনি, ৫ নিংথৌ ওইগনি।
নিংথৌদো নোংচুপ্লোমদা নোঙ্গাখিগনি।

৫৫। নিংথৌ ১ না কুমশিং ২ ওইগনি।
(মৈতিংঙো লাবণ্যচন্দ্র শঃ ১৭২০—১৭২২। খৃঃ ১৭৯৮—১৮০০ চহি ২ পানখি)।

৫৬। নিংথৌ ১ না কুমশিং ৩ ওইগনি।
(মৈতিংঙো মধুচন্দ্র শঃ ১৭২২—১৭২৫। খৃঃ ১৮০০—১৮০৩ চহি ৩ পানখি)।

৫৭। নিংথৌ ১ না চহি ১০ ওইগনে।
(মৈতিংঙো চৌরজীৎ শঃ ১৭২৫—১৭৩৫। খৃঃ ১৮০৩—১৮১৩ চহি ১০ পানখি।

৫৮। মিংথৌ ১ না নোংপোক্কগী লাক্লুনা ওইরগনি চহি ৬ পানগনি।

(মৈত্তিংঙো মারজিং শঃ ১৭৩৫—১৭৪১। খৃঃ ১৮১৩—১৮১৯ চহি ৬ পানবগী মতুংদা লৈবাক মতুং ৯ থোক্না কায়গনি। কুমশিং ৭ শুনা তিনকম লাইকম মুংকনি। মারজীং হাক্কা চহি ৭ খুনতাকপনি।

৫৯। কুমশিং ১৭৪৭ তা মমা নোংপোক লিনচাওবীনা পোকপনা অমরক হন্না লৈবাক শেম্নগনি।

অঙৌবা কৈশা শাবা পাইগ্নানবা লুছপ্পগা লোন চংনরগমিএ। মানা নিংথিদা থাও চান্নগনি।

মরোন লোনবনা কৈথেল্দা শঙ সাতুনা চহি ৭ থা ৭ পান্নগনি। লৈশাক্কী থৌরম ওন্থোকপা খজিক্কং হৌরগনি।

(মৈত্তিংঙো গম্ভীরসিংহ শঃ ১৭৪৭-১৭৫৬ খৃঃ ১৮২৫-১৮৩৪ চহি ৯ পানখি)।

৬০। শঃ ১৭৫৬ তা ইচুম চাবা লাইজা ইঙৌ থকপনা নিংথৌ ওইগনি। অঙৌবা কৈশা শাবনা লোই হায়গনি। নিংথৌদো নোংচুপ্লোম চংখিগনি।

(মৈত্তিংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি শঃ ১৭৫৬ ১৭৬৬-খৃঃ ১৮৩৪-১৮৪৪। চহি ১০ পানখি)।

৬১। মতুংদা অপকঙানা নিংথৌ ওইগনি, চহি ৭ পানগনি মহাক্কলা ঈশিং অনৈবনা ময়ায়দা, অন্নবনা মতাইদা চেনগনি।

(মৈত্তিংঙো নরসিংহ শঃ ১৭৬৬-১৭৭২। খৃঃ ১৮৪৪-১৮৫০ চহি ৬ পানখি)।


UNIVERSITY LIBRARY IMPHAL



৬২। মতুংদি মমা ইরোই তমুবীনা পোক্কপা, মহাক লাইরেন অঙৌবনা লাংজক্কপা ময়েং খুতুপ ৪ খুদোন ২ রাংবা চেংলৌ শক্নোইথোংবু থাংগুম্বা, য়াওরো শায়াম লোবনা হুমিং ৩ থা ৩ নিংথৌ ওইগনে! তম্না নোংচুপ্লোম চৈনখিগনি।

(মৈতিংঙো দেবেন্দ্রা সিংহ শঃ ১৭৭২। খৃঃ ১৮৫০ থা ৩ ওইএ)।

৬৩। মতুংদি মমা শচি লৌয়াম্বীগী মচা কৌনা নিংথৌ ওইগনিএ। কুমশিং য়ামএ। লাংতাইগী নিংথৌনে। মথাক্লোম চংপদা মিরেন থরাই মাঙনিংচিং তেরক্কনি। মহাক্তকা চেকী থোং শারগনি। লোক্তাক্তা হুং তাউরগনিএ।

(মৈতিংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি শঃ ১৭৭২—১৮০৮। খৃঃ ১৮৫০—১৮৮৬ চহি ৩৬ পানখি)।

৬৪। শঃ ১৮০৮ দা ওইবা নিংথৌদো লাইরেন অঙৌবনা লাংজক্কপা য়াওরো শায়াম লৌবনা তেরক্কদনে।

তংঙো শুরচন্দ্র শঃ ১৮০৮—১৮১২। খৃঃ ১৮৮৬—১৮৯০ চহি ৪ পানখি)।

৬৫। শক ১৮১২ দা নিংথৌ অমনা ওইগনি।

(মৈতিংঙো কুল্লচন্দ্র শঃ ১৮১২—১৮১৩। খৃঃ ১৮৯০—১৮৯১ চহি ১ নে।

শঃ ১৮১৩ দা (খৃঃ ১৮৯১) নোংপোক, নোংচুপ, অরাং মায়ৈগে ৩ য়ান্নরগনে। লৈপাকপোকপা ৩ য়ান্নরগনে। হন্নিবু নোংপোকলোম থৈরগনে। মসিনা খৃঃ ১৮৯১ দা বৃটিশনা মায়ৈগে ৩ দা

মণিপুরদা লান তায়রকপগী রানে। সনা কৈথেল্দা তেলঙা মং্ক ৫ তাগনে। ঈগী লৌথোং চেনগনে। আসামগী চিফ কমিস্নার-নচিংবা সাহেব ৫ হাংখিবগী রানে। সনা কৈথেল মুংকনে। নোং-পোক-নোংচুপ তেঙ্গোল অনি তুমগনি। নিংথৌগী শয়োং মরুম হিংগনি। নিংথৌদো নোংপোক্লোম চংলগনি। মসিনা থোংজোমগী লানগী রানে। মৈদিঙু কুলচন্দ্রগী মতমদা থোকখিবনে।

৬৬। শঃ ১৮১৩ দা লম কংদ্রিবা অপকভানা নিংথৌ ওইগনি। (মৈতিংঙো চুড়াচান্দ শঃ ১৮১৩ ১৮৬৩। খৃঃ ১৮৯১-১৯৪১ চহি ৫০ নে)।

৬৭। শঃ ১৮৬৩ দা ওইরগদবা নিংথৌদো, মমিং 'ব, দগী হৌবা মকোক্তা খুদম লৈবা (জটাপুবা) নিংথৌদো কুমশিং ১১ পানগনে।

(মৈতিংঙো বোধচন্দ্র শঃ ১৮৬৩-১৮৭৭। খৃঃ ১৯৪১-১৯৫৫ চহি ১৪ নে) তাং ২। ১২। ১৯৪৪ ইংদা রাজ অভিষেক তৌখিএ, অহুনা শীংকক পুরাণনা চহি ১১ পানগনে হায়বহু চুমএ। মকোক্তা খুদম লৈবা হায়বদি মশম জটা তাবনে।

অসিগী মতুংদগী রানা, শীংথা পুরাণগী রানে। মথাদা ইগ্নি।

---

# ম্যাংগুন-ল্যাংদাইগী পুরাণগী ম্যা

লাইনিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) তৌরকপা ম্যারম হায়গে।

লাইনিংথৌ খাগেম্বনা—

১। অপোইমচা গুরু

২। গুরুম্বা সনামহি

৩। সলাম সনাবা

৪। খাইদেম তেনবা

৫। যুম্নাম তোম্বা

গুরু ৫ মক্তা শিদয়েন, নাদয়েন, মপোক খগুনবা পীয়ো হায়না নিবদা, গুরু ৫ না শিদয়েন, নাদয়েন, মপোক খগুনবা লাইনিংথৌ খাগেম্বদা তাক্লে। গুরু ৫ না হায়য়ে, ঐখোয় ৫ না তাকপা ম্যা অসিবু লৌরবদি, মপোক ৩ লক নিংথৌ ওইনা পোকও। অকোনংবগী মপোক্তা মৈতৈ লৈবাকী ভীখোঙ, লাইথোঙ থিহনা মুঙাইনবা থবক তৌও, অমুম্মা হায়রহনা কংলাগী মেন্দা ম্যাশকরে।

অসিগী মতুংদা, লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মবুকম্মুংদা নিঙলে, মসিবু নিংথৌমচা অমদা পীশ্রবদি ফংতরে, অহনা গুরু ৫ অসিবু হাংলগে হায়না লিংলদনা অপোইমচাবু মুক্তোইবীদা চনখ্রে। সলাম সনাববু তেকৈ খাদা লুপাহনখ্রে। খাইদেম তেনবনা ম্যাইথৌ ম্যাইঙং ইখোন্দা লুপাহনখ্রে। যুম্নাম তোম্বদি শীংজমৈদা লুপাহনখ্রে।

গুরু ৫ না শিরমদাইদা হায়রমএ, লাইনিংথৌ নংদি রাশক কায়রে, নপোক ৩ লক্তি নিংথৌ ওইনা পোকও।

অসিগী মতুংদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা মবুক্তা গুরু ৫ মকপু লৈরে। ঐস্মু নোঙ্গারগে হায়না নিংলদনা, মাগী হী-য়াই, পুরাণ পুম্বা য়োংকী উপুদা লীশিল্লগা হায়রে, গুরু ৫ গা ঐগা লোয়ননা পোক্লক্ত্রিলা মথৌ, মী অতৈনদি হাংদোকপা ঙম্মগনো হায়রমএ। অছুগা খাগেম্বদি চঙনা নোঙ্গাখরে।

অসিগী মতুংদা খুঙ্গাওবনা নিংথৌ ওইএ। মতুংদা পাইখোমবনা নিংথৌ ওইএ। অদুগী মতুংদা তুবী চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ ৩ গী হাক্তক্তা সনা উপু কাওথোকপা ঙমদে।

মতুংদা গরীবনিরাজনা নিংথৌ ওইবে। মহাক্তক্তা সনা উপু হাংদোক্লনা হি-য়াই পুন্নমক লৌথোক্লনা শীজিন্নরে। গুরু ৫ মকস্মু মিং অমমম কৌদনা পোকলরে।

১। অপোইমচানা লৌরেম্বা খোংনাংথাবা কৌনা পোক্লরে, লৈশাংথেম খোম্বস্মু কৌবনে।

২। ওক্রম্বা সনামহিনা গণক থেঙ্গ। কৌনা পোক্লরে। মোইরাং ললহাম্বস্মু মানে।

৩। সলাম সনাবনা নিঙোম্বা অকোং কৌনা পোক্লরে।

৪। খাইদেম তেনবনা য়াম্বেম্বা কৌগাক কৌয়রে।

৫। য়ুম্নাম তোম্বানা লাঙ্গোন লুখোই কৌনা পোক্লরে।

রারম অসিনা লাইনিংথৌ গরীবনিরাজ অসিমু লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মপোক্তি হায়না খঙনৈএ।

মতুংদা লাইনিংথৌ গরীবনিরাজনা লাইনিংথৌ সনামহিগা ৱায়ৈ পুন্নমক ওাংনহুনা সিলোং কৌবা লৈবাক্তগী শান্তিদাস লঙ্গোই-ববু কৌথাক্তুনা, রামান্দি লমচৎপু চৎলে। অত্তুদগী হৌনা মৈতৈ লৈবাকী অৱাবা হৌরে হায়বা থওও।

হৌরকপা মতৌদি, মৈতৈ লৈবাকী চাকচা য়ুথক য়েৌনা ককলে মংখোং খিংলে। লাইনিংথৌ কৌরগদগী মহারাজ কৌরে। শান্তি-দাসবু গুরু স্বামজী কৌরে। লমা পীরে। লৈমচীংদা লৈহল্লে। গুবপাং কৎলে। মৈতৈ লৈবাকী পণ্ডিত গুরুশিংদি তুমিন্না রা ওাংদনা লৈরে।

অসিগী তুংদা শান্তিদাসকা গরীবনিরাজগা হি ইশম চাইবা তোংহুনা ফুবালাদা উতোংচাক চাবা কুমলে। মহুদা লৌরেম্বা খোং-নাংথাবস্থ নঙ্গোন থোংবম হি মাইবস্থ য়াওই।

লোক্তাক ময়ায় য়ৌরবদা হি ইশাম চাইবদি চরাং এনসম শায়হুনা ঈশিংদা লুপখিগদোরে। মহুদা মহারাজনা থাঙ খোবোম্বনা হি ময়ায়দা য়াল্লে। হি ইশম চাইবস্থ তাউখৎলে। থাঙফমস্থ ঈ য়াম্না থোক্লে। হি মথস্তা থক থক নীক্লে।

শান্তিদাসনা থাম্বস্থ ওমত্রে। গুরু খোংনাংথাবনা নঙ্গোন থোংবা হি মাইবদা থাম্ম, হায়বদা থোংবা হি মাইবনা থাম্বদা তোল্লে। অমুক শোনবদা নিকপা তোকই। অনিরক্তা ঈ থক্লে। অহুমক্তথ থাঙফম তাইশিল্লে। থোংবা হি মাইবদা হিগী মনা লৌ পল্লি ১০ পীরে। ফুবালাগী শঙফম য়েৌরবদা শান্তিদাসনা ফমেন্দা ফম্লে, মহারাজনা ফক্তোপ্তা ফম্লে। খোংনাংথাবনা মাঙশোক্তা ফম্লে।

মখোয়না তুমিন্না য়া ঙাংনদনা ফমহুনা লৈরিঙৈদা খোংনাংথাবমা মথন্তা খংলক্রে। মহারাজন। হায়এ, গুরুনা খংববু করিগীনো হংখদা, খোংনাংথাবনা খুমএ, করিগুম্বা অমা উহুনা খংবনে।

মহু ভাবদা শান্তিদাসনা হায়এ, উয়াংদা পোকপা নংনশু করিগুম্বা খঙবা লৈদনা খংবনো ?

খোংনাংথাবনা খুমএ—ঐবু উয়াংগী অঙাংনি হায়রবদি নংদি কয়া কুইরে ?

শান্তিদাস—ঐদি নংগী নপানা পোকপা মতমদা ফীয়ান পুবা ওয়ে। নংদি কয়া কুইরে হায়না হংঙে।

খোংনাংথাবা—ঐদি অহুঙৈদা নংবু পোকপা মতমদা, নংগী খোয়রী-নাউকম লেনবিরগা, শেংনা ঈরুবিহুনা, নমাগী খোম পীথকলগা থনম্বদো ঐনে। নং খঙদ্রব্রা ? নংদি অহুঙৈগী মখৈ, অহু মঙাইহুনা অহুম মরৈরি।

শান্তিদাস—খোংনাংথাববু শংত্রিক য়েংদনা, ঐদি গুরু নংবু অসিদা লৈ হায়বা খঙউদ্রে। করি মরমগী অসিদা লৈরম্লিবনো হায়না খুরুমলে।

খোংনাংথাবা—ঐদি লৈবাক অসি ঐনা ঙাক্লিবনে, অহুনা অসিদা লৈরিবনে। অসুম ঙাংনরিঙৈদা খোংনাংথাবা অমুক খংলে। অহুদগী অমুকস্থ খংলক্রে, হাইমা হায়না লাউরক্রে। লৈবাক্তা তুরে, চেগায়না লাইবক্তা শোক্তুনা ঈ থোক্রে। গুরুগী ঈদি লৈবাক তাং হৈদে হায়হুনা সনাগী পুখমদা য়াহুনা ঈশিংদা হৈদোক্রে।

শন্নীবনিরাজ—গুরুনা খংবসিবু, ঐ য়াম্না কিরে, রায়ম ফাওনা হায়খিয়ো হায়এ।

খোংনাংথাবা—হে নিংথৌ? নোংচুপ্লোমগী থাংজা ৭ না তাম্ন-রকপদা ঐনা ঙাক্রম চীংজেংদা ঙাকপা ঙমদত্রনা মাক্লংদা তারকলে, মত্রদা অমুক খংবনে। মখোয় থাংজা ৭ না কৈথেল থ্ গায়রে, মত্রদা অমুক খংবনে। অত্রদগী সনা কংলা কোম্লুংলোম চঙখিত্রনা কংলা স্নুরুং মৈ চাক্লে মত্রদা অমুক খংবনে! অস্নম হায়বদা নিংথৌ পুক্নিং রানা স্নুংসা খিখিয়ে।

উতোংচাক লোইত্রনা চাগে তৌরিঙৈদা, কৈথেলস্নু কায়রে, কংলাস্নু মৈ চাক্লে ভায়ত্রনা, কোম্লুংদগী শগোন পাউ থ্ংলরে। পাউত্র তাবদা, নিংথৌ, শান্তিদাস অনিনা গুরু খোংনাংথাববু থাগৎলে।

নিংথৌগা শান্তিদাসগা থোংবা হি মাইবগা হি ইশম চাইবা তোংত্রনা কাররে। গুরু খোংনাংথাবদি খোঙনা কারকখি।

গুরু ২ গা নিংথৌগা হীয়াংথাং য়ৌরবদা, কোম্লুংগী শগোল পাউ অমুক লাক্লে। মহারাজ কংলা কোম্লুং গুরুং মস্নুংদগী মৈ হৌত্রনা মৈ চাক্লে, ননাই ঐখোয়না কনবা ঙমদ্রে। হৌজিক চাক্ত্রনা লৈহৌরি।

মহারাজগা, শান্তিদাসগা, থোংবা হি মাইবগা হিয়াংথাংদা হি থাংলমগা কংকাল কারপদা, হি ইশম চাইবনা লোক্তাক য়ৌনা খোঙনা পাইথরে! লোক্তাক্তা তাউদিং হীয়াঙ-হিরেন পাখংবা কৌত্রনা লুপত্রনা লৈরে।

মহারাজগা গুরু ২ গা খোঙনা লাক্কুনা কোম্লুং য়ৌরবদা মৈ মুংপা ঙমত্রহুনা, মহারাজনা মৈ কনবা ঙমত্রে গুরু খোংনাংথাবা কৌরু হায়না মনাইশিং লাকপদা ইসোক্তা ওক্রুহুনা গুরুবু শগোল্লা পুরক্কুনা কোম্লুং য়ৌথি। গুরুনা কংলাগী গুরুং মঙ্গুংদা চাক্লিবা মৈহু মখুৎনা থিংজিন্দুনা ওৎখায়হুনা, কলিগী মৈ নংনা করিগীদমক চাক্লিবনো হায়না মুথৎলে।

অসিগী তুংদা গুরু খোংনাংথাবদ মৈগী মনা পীরে। লৌ পরি ২০ ফিরাংজি ফিদা! খুদোন খোংউপ! সনরীক পুমচা। স্নাবুং ঙাঙ্গোই। সনা য়োম্বা হীদাকফ্ সংগী খুজি। পাম্বোম তান। থামেন চৎপা ফৈজোম। লমথাং থুলং। দোলাই লেংজাও থিজৌ হায়না নিংথৌ সনা য়াথং পীথোক্লে।

অসিগী তুংদা গুরু খোংনাংথাবনা হায়এ, হে নিংথৌ! মীৎনা উবা মৈদি মুংলে। অমম্বদা কলিগী মৈনা চাক্লগদবা অসিদি কয়মা থাওহুনা লৈগনি।

গরীবনিৱাজ—হে গুরু করম থোক্লগদগে হায়বিয়ো।

খোংনাংথাবা—লৈবাক মথক মথা ওল্লগনি। তীনফম লাইফম থুগাইরগনি। নোংপোক-নোংচুপ-থা-ৱাং মায়কৈ ৪ গী ফম্তবা লমচৎ তম্বনা মী য়াম্না শিনরগনি। নংনা পোকপা নচানা নংবু হাৎলগনি। কোম্লুং অসিবু লম ফজে হায়না হুন্দোক্লগনি। তৌহৈদবা থিবিক তৌরগনি। মসিনা লোমগদবদি থিংউজাম্বা অমুনা (শক ১৭৮১) চৈথাবদগী হৌনা চহি ৯৫ সুবা কালেন থা ৬ নি পানন্দা থোক্কনি। মতু হেল্লবদি ইঙা থা ৬ নি, ১৫ নি, ২৬ নি শামবদা লোমগনি।

"পাউনম হিদেন মপান্দা, কৈদা হিংদা মণ্ডমাণ্ডদা,
তরেং শেনবু য়েবদি, রাংলেন পুংকাং ক্ বদি,
লিক্লাই মরু হুনবদি, তুবী মরু থাবদি হৌদরে।
শেনবী মুকাকলে মরু থাবদি হৌহৌরে।"

অর্থ : কংলা সনা কোন্নুংগী মপান্দা চেনবা তুরেন অচৌবগী মপান্দা লৈবা, কংলা ফম্বান তোংবদা গর্ভদা লৈনা ফম্বান তোংবদা য়াওরবা লিক্লাই মরু অশেংবা, লাইরেন মরুম অশেংবা হায়বদি নিংথৌগী মচা, অশেংবা ফম্বান তোংবদা গর্ভদগী হৌনা ফম্বান তোংবদা য়াওরবা মচানদি নিংথৌ ওইত্রে, শেনবী মুকাক্লে মরু হায়বদি, অচম্বা ফম্বান তোংবদা পোকপা মচা নত্তবনা নিংথৌ ওইহৌরে হায়না পণ্ডিতনা পাউরৌ তৌহুনা হারম্বনে।

অসিগী মতুংদা ওইগদবা নিংথৌদি চরাইরোংবগী ঈনা নিংথৌ ওইগনি। চহি ৫০ পানগনি। মীগী লমচৎ ফজবা তোক্লগনি। ইপা-ইপুগী লমচৎ-চাকচা হুম্ভিনলগনি। থাংজ ৭ মকম্থু হৌগদবনে। অম্বুমা গুরু ৫ পা নিংথৌগা কংলাগী মেন্দা ফমহুনা রাশকনি। হে গুরুশিংও। হায়নবা রারম অসিবু তৌও পুনশিনিএ। অম্বুম হায়নরবদা মহারাজনা হায়এ—

১। শরীরবনিরাজ :—ঐনা নোংপোক্রোম ঙাকে, পলেন্দা উথুম ওইনা হৌগে হায়রে।

২। য়াম্বেম্বা কৌগাকনা, ঐদি নোংমাইজিংদা লিকলোং ওইনা হৌহুনা, নোংপোক্রোম ঙাকে হায়এ।

৩। নিঙোম্বা অকোংনা, ঐদি অরাং ঙাকে, চীঙারেন্দা উ (সহি) ওইনা হৌগে হায়রে।

৪ । মোইরাং ললহাম্বনা, ঐদি হৈবোক্তা, উ ওইনা হৌহুনা মখা মায়গৈ ঙাকে ।

৫ । শান্তিদাসনা, ঐদি নোংচুপ্তা মাকলংদা হৈবী ওইনা হৌহুনা ঙাকে ।

৬ । খোংবা হি য়াইবনা, ঐদি ইশোক্তা উপল ওইনা হৌহুনা, খুদম থোক্লিবা খিবিক ঙাকে হায়রে ।

৭ । লাঙ্গোন লুখোইনা, ঐদি লাঙ্গোন্দা লী কাইরেনবা ওইনা হৌহুনা ঙাকে হায়রে ।

৮ । কোম্বুংগী তীলকম লাইকম হি য়াই পুন্নমক্তি গুরু খোংনাংথাববু ঙাকপিয়ো হায়রনদা ; গুরুনা হায়এ –, ঐদি কংলাগী নমথাঙদা, চীংহাও ওইনা হৌদনা, কোম্বুং অসি ঙাকে হায়রে ।

গুরু ঐখোয়না ওক্লিবশিংহুনা উদনা মাঙগ্রবদা, সুরে হায়বা খঙও । মহুদা পাল্লগদবা নিংথৌদি চপাইবোংবগী ঈনা নিংথৌ ওইহুনা চহি ৫০ পানগনি । মায়গৈ ৮ খুতুম চল্লগনি । থাংজা ৭ মকম্বু নোংচুপ্লোম হনখিনি । অতুগা নোংচুপ থোঙ থিংগনি । নোংপোক থোঙ হাংলনি । হী-য়াই পুম্বা হনজিল্লগনি । হে নিংথৌ সনা পুক্লিংনা নিংলিবা মতুংইন্না ননাই ঐখোয় ৫ মক্না হাপ্পহল্লিবনে । ঐখোয় ৫ না হায়জরিবা লাইরিকসিদি, লুবাং গুরুগী য়াথংদগী হায়জবনে । হরি হরি লাংওন-লাংদাই কৌবা পুরাণনে । হে নিংথৌ নংনা মপোক ৩ লক পোক্নুনা নিংথৌ ৩ লক ওইবা অহু, পণ্ডিত ঐখোয় ৫ গা লোয়ননা, তুংদা খুদম চাংহন্ন থোক্লগদবা খলহনবা নিংথৌ নংগী থোজাল্লে ।

---

# কাইবরোন পুরাণ

হে লাইনিংথৌ খাগেম্বা নপোক ৩ লক স্নুবগী হ্যক্তক্তা, মৈতৈগী পারি, পুরি খৈবিক মাঙথদনে। চাকচা ফিক্কেং অমা তৈনা চারদনে। খমুম লাইনিংথৌ ৯ না তৌরম্বা রানে। অম্নুঙৈগী মখৈ লৈবাক মথক মখা ওল্লরদনে। উমংলাই ৯ থিররোই। তাউববোন খাবারোন অসি খিবিক ইরাংপস্নু হুন্দোক্লরদনে।

নোংসা নিংথৌবু মমা শম্নুং লৌচাউবীনা পোকপা মচা কৈগী নিংথৌনা, মপা নোংসা নিংথৌবু নোংপোক্লোম তাম্হোক্লদনে। নোংসা থরাই মাঙলে। মাগী মীচৈনা লৈবাক অরানা নংলরদনে। মৈতৈগীস্নু খুনফম মাঙলদনে। মপা মচা খঙনরোই। মচিন মনাও চান্নরোই। নোংচুপ্লোমগী বামোন্না রায়েন থৌদাদনা পানলগনি। অম্নুগী মতুং মৈতৈ খুন্দা অহানবগী হৌনা চহি ৮৩ স্নুবদা দলাই ময়াম্বা পাইরক্কদনে। মানা অমুক হঞ্জিল্লবদি, হে খাগেম্বা নংগী নপোক অমুক ফাওরে। নংনা বামোনগী লাই ৩ নি তাম্হোকতুনা, তুবি নয়োন চোংনা ফাওরবগা, লাইরেন ফলাংমৈদা তোংতুনা মৈতৈ লমচং অরিবা হনজিল্লদনে।

অসিগী পান্দমদি, লাংওন নিংথৌনা ওইরবা চুক্তগী, কৈয়োয় পুন্নমক হাও, ময়াং, পুন্নমক ওমা চাউরক্লগদনে। অসিগী মতুংদা তৌরক্কদবনি, লাইগী মতুং ইনবা লম্বী ফত্তবা, য়ুমফম হোঙ্গংপা

ভিন্নি লাইরী পুন্নমক, তিম্থোঙ-লাইথোঙ পুন্নমক লাংওন নিংথৌনা তৌরমগদনে।

লাংওন নিংথৌদগী শিনগদবা নিংথৌদি, লাইরেন মক্কমনা কোকপা নিংথৌনে। মক্কম অহুবু লৈতৈ লৈবাক্কা ফাহুনা, থিহুনা ফলাংমৈদা তৌংহল্লে। চহি ২৭ পানগদনে। লাইরেন মক্কম অহুগী নিংথৌনা পানগবদি চহি ২৫০ নে। লাইরেন মক্কম পৌবদি চরাইরোংবগী থারানে খণ্ড। কাইবরোন কৌবদি লাইরিক অসিনে। ১। অপোই মচা, ২। সলাম সনাবা, ৩। খাইদেম তেনবা, ৪। য়ুম্নাম তোম্বা, ৫। ওক্রেম্বা সনামহি শুরু ৫ মক্কা লাইনিংথৌ থাগেম্বদা হায়রম্বা রানে।

---

# ঙমদাই লৈতাই পুয়া বা

পণ্ডিত ৭ না পাউহংবা—, গুরু লৌরেম্বম খোংনাংথাবগী লাইনিংকম হৈগ্র্‌ মখোঙ লৌথেমপুংদা, গুরু খোংনাংথাবনা, গণক থেংগ্রাগা অনিনা লাইনিং ফম্বাল লাংঙৈদা পণ্ডিত ৭ :—

১ | লাংগোল লুখোই

২ | ম্রাঙ্গোই খেমা

৩ | নম্বোন থোংবম হি মাইবা

৪ | মাকলং খুম্নাবা

৫ | শামুরৌ চিগোং

৬ | কম্নেং থবিবা

৭ | ম্রাঙ্‌ বাজি। মখোয় ৭ না লাক্ক্‌না গুরু ২ বু খুকম লৈপ'ম্নদনা হংজৈ।

হন্দক শান্তিদাসনা পুয়া পুম্বা খোমগংতুনা মৈদা কংথিবা মতমদা, যজ্ঞগী মৈ লৌরকপা খুদক অছুদা, নোংলৈ-ম্নুংশিং অমা লাক্ক্‌না মকম থঙহোদনা. ম্নুংশিং নোংলৈ অছুনা পুয়া পুম্বা লৈবা মৈগী কুণ্ড মমুংদগী, নোংলৈছুনা লৈশিল্লক্ক্‌না, পুকোক পুয়া শঙলেন পুবা, লৈথক লৈথারোল, ঙমদাই কাইবিরোন-ভবিষৎ পুয়া অছু মৈম্নুংদগী নিংথৌ পাংনা পুথংখিছুনা, গুরুগী লাইনিংপুং পাংনা নোংলৈছুনা পুখি।

পুয়া়না তাকওম্বা পাউত্তাক পাউজেনবু, গুরু অনি লৈরি হায়-হুনা, মরম অমত্রস্তু, থিজিঞ্জহোঁদে । করম তৌনা পুয়াগী পাউত্তাক অহুবু খণ্ডগবা খন্নবদা, পণ্ডিত লুখোইনা তাকওম্বি ।

হন্দক পুয়ানা পাংখিবা মায়গে অসিনদি. পুয়াদি গুরুগী খুত্তা লৈরম্লনি । নখোয় ঐখোয় চত্তুনা, গুরুগী মফমদা খুরুম লৈপায়-জরুসি হায়বিদনা, গুরু ২ গী মফমলাংদা চঙজরক্লি । নোংদমগী নয়াথং ফীগাও শানা য়াজরি ।

মহুদা গুরু খোংনাংথাবা ব্লাঙাংদে, তাঙজা লুক্লা ব্লাখল্লি । গুরু থেঙ্গ্রানা হায়রকই, গুরুনা তাঙজা লুক্নস্তু খনবিরি, অহুবু নচাশিং অসিবু তাইবংলক্তা মমীং ঈব্লা চেন, মীস্না পাঙমদনা করম্নবু থনম-বিগদগে ? ব্লাখল নোংদম থৌজাল লন্বী থৌরম খুদিংদা মমীং লকা ফন্না পাঙজহুনা উজা খঙজহৌনবা মরমবু গুরুনা নোংদম্বিবনা চুমগদ্রা ?

মহুদা খোংনাংথাবনা হায়রকই. গুরু ! অঙাংশিংসি থৌঙমদে পাউত্তাক লেন্না মাঙগবরা ; মখোয় খ্বাইনা শঙলেন পুববু ইপোং ইরন মশক খঙদনা, কন্বা ঙমদবা, পুয়াবু মৈ থাগনি হায়রবদা ব্লাহৈ অমত্তস্তু হায়ঙমদবা অসিনা, ইরৈবাক্কী ইপোংসিবু অমুক হন্না খঙনবা থনম্বসি, ইপুক অসি পাম্মু হুংশি ওইঙম্লে । অহুবু গুরুনা নচাশিংগী খুংলাই ওইনা পীঙমনিংলে । ইচানা তরেং সুবনিনা পুয়াদি অমত্তা ওইবনা, ইচা কনাদা পীঙমদগে খনবদা, খঙদরে । অহুনা পুয়াসিদি মখোয়দা পীব্লম্লরোই । মতীকচাবা পণ্ডিত ওইবনা মতম চানা ফংহুনা খঙজনবা লৈত্তাই ঙমদাইবা ওইজনবা, খঙদনা

অখণ্ড শাবা, হৈত্তনা অহৈ শাবা মরক্তা অখণ্ডবা সাহুনা খৌঙমজবা ওইনবা, চীন ময়াখংনা লেঙদবা পাম্বী ওইনা হৌদনা কংলা মোংখি মরময়ায়গী শিদবা উপালগী মখোয়ঙদা চহি কুমজা মুংশাংনা পানবা ঙমজহুনা, লৈবাক্কী অরা-অনা কোক্লবা, খমং পামেল মখাদা, মাঙ-দনবা থনমগে ।

পুয়াগী পাউত্তাক পাউজেনসি খঙনবা, গুরু থেঙ্‌াবু পাহনসি, অসুম হায়রবদা, থেঙ্‌ানা হায়এ,—গুরু! রারীনদি খঙবা ঙম্ররোই লাইরিক ওইনা ইহুনা মতম্নগী খোঙলৈ তাকপিরমসি । গুরুনা রারী লীখিবো, নমাই ঐনা কলম থাজগে হায়না ঙাংনহুনা, থেঙ্‌ানা রারীতু ইরক্লে । খোংনাংথাবনা রারীসি লীখি ।

নোংচুপ খোঙ হাংঙে । শনি ২ ঙাপ্রয় চীংজেন্দা থুংলরে । হৌজিক কংলা মৈ হৌবে । নোংপোক খোঙ হাংঙে । (অর্থদি, মনিপুরগী নোংচুপ খোঙ হাংঙে হায়বনি, অহুগা ময়াং লৈবাক্কীনা নোংপোক খোঙ হাংবনি) । অহু মতুংদা ফিজেৎ ফিদাই ঙমদাই-নবগা লোন্দিন্নহুনা অমুক শেম্লরে । (হায়বদি কিরিংগী (English) মখোয়দি ফিজেৎ-ফিদাই হায়বদি খোঙগ্রাওনি, মরমদি ফি মচেৎপু ফিদাই, হায়বদি তাইশিল্লগা শীজিন্নবা হায়বনি) ।

অহুগী মতুং মরেপ ইনবা, মনা ফনবা, কুচু ঙাংবগা ঙমদাইনদনা মবুক্কা, মথানা চেন্ননি । (মসিনা ময়াং (ইন্দিয়ানবুনি) মরমদি মখোয়সি থাঙ্গে শেংবা কুচু ঙৌবা ইউরোপিয়ান নত্তবনা কুচু ঙাংবা হায়বনি । মখোয়গী মতমদা হরা গাড়ী চেনবনা মরু ওইনা লৈবাক্কী খৌরম ওইবা হিংনবা ওইবনি) ।

চীঙা কৈথেল কারনি, চীঙা ফুংবী চপ্তপ চগায়না মখোঙনা চেন্নি। লৈরক খুল্লক্তা য়াতারনি। শম্মা মনা মশিং চারনি।

মতমদুদা লৈবাকনিদা খুন্দিন য়াকা ঙাইথেনবুং ওইরনি, মতমদুদা পোাদা য়ানবা লাংকিবু পুবা নুংওইয়ে। মতমদুদা লুবাক মথুম নাইররোইয়ে।

উচি চি চি, খরং মপানা খোঁসাবা শেস্তাই লাকয়ে ক্রং। খরং থাংজেং নহা পাখংবা মানা কোনবা লমদা খোঁসারা, মনিং তম্মা লৈরম্মা শেস্তাই লাকয়ে ক্রং-লৈবাক ইবাং অইনবা রায়েন নোংদম অমা লাকঙমগনি, মতমদুদা সোইদনা লাকনি, মখোয়স্মু চেনখিনি। মতমদুদা শোইদনা শেনবী মুকাক্লেনা থাবদি হৌগনি, লিক্লাই মক্কনা থাবদি মহোদে, অসি খঙনা ঙমদাইও! সোইদনা মপান শাগনি, মহৈ-মরোং চুম্মা তাউজিং মশিং কাদনা শেম্নবা হৈরাং ওইদনা কোয়না পুরাণ থিরনি।

"পাউনম হিদেন মপান্দা,
কৈদা হিদং মণ্ডমাঙদা।
তরেং শেনবু য়ৈবদি,
রাংলেন পুংফাং ফুবদি।
লিক্লাই মরু হুনবদি,
তুবী মরু থাবদি,—হোদরে।
শেনবী মুকাক্লে মরু থাবদি,—হোহোরে॥"

অর্থ:— গরীবনিরাজ নিংথোরেনবী মতুংদা, নিংথোরেন মহারানী মচা কম্মান তোংবদা পোকপা মচানদি নিংথৌ ওইরে,

লিক্লাই মরু; তুবী মরু থাবদি হৌত্রে হায়বদি, ফম্বান মচানসি নিংথৌ ওইত্রে শেনবী মুকাক্লে মরু থাবদি হৌহৌরে হায়বদি অচম্বা ফম্বান মচা নত্তবনা নিংথৌ ওইহৌরে হায়না পাউরৌ তৌরম্বনি।

মতমচুদা মুং কৌবা পুকপ্রিদা মুমিং ১৪ নি থেক্লা-থেক্লা নোতুম্না অকা অকুম থিংওনি। তাইবা য়ায়োই মতমসিদা সোইদনা অঙৌবা মরাই চায়থগনি।

ফিচেং ফিগায় শীজিন্নবা কাওবুগা অমুক অরিবা খুবম লেপ-লবিগনি। মতমচুদা ফিনিংজি পুয়োম লোয়ে, মখোল থোক্লরোই।

— — —

# গুরু পুরাণ

লাংবন খোইরাবনা খোইহারোন শাহিং লালহিং ভাম্বরে। পোইরৈ অতাম্বদা গুরু লাংওল্লবরা য়েংউ হায়। পোম্বিনা গুরু লাংওল্লবদি ঐ হল্লক্রোই খণ্ডনসি।

রাওম অতাম্বদগী চেল্লানা,—

কাক্ কাক্! করি পাউনে? ময়াং পাউনি।

করি হায়গগে? ইচা খোমদোন মৈরোবী লাকপরা? লাক্কে।

অহিং অমা লেক্কে? লেদফদে! চাক চখোম অমা চাগে? চাফদে।

ঈশিং থুরা অমা থক্কে? থকফদে। সোম-চংকে? চংফদে।

নকোক কাগে? কাফদে। নক্রাং লৌংকে? লৌংফদে।

হা খোমদোন চেংনা য়াল্লু? হোয় হোয়॥

গুরুগী খোংখোং পাম্বৈ শেমত্নুনা গুরুগী ফানখোংদা য়াতুরে। (থুংলাইনা পান্দনা তুববু য়াতুরে হায়। নাত্নুনা শিববু নোংমনবা হায়)

মৈনিং চেংনা, সাবম চাক, গুরু অহুম তাম্ররকনি। খোমদোন লাইরুরানা, ইপাম মৈ হোরে, লাংজিং মৈচাক্লে। ইহু, নিংথৌ য়াওরিবরা থাম্বী মৈকল্লো। খুমন গুরুনা হানগনি! -মন গুরুনা কৌরো অভিয়া নোংখোং কায়রবদা, নোংদাই-হৈবা ইবুঙো মালেম

নৈখোং কায়রবদা, নৈতাই-হৈরবা গুরুবু মেনবুংদো (কংলাদা) উদ্রবা, কোয়ৌ নোংবু ঙেং, মালেম নৈবু খোং, লাঙ্গোই শামু অঙৌবব্ খাছনা, গুরুগী খোঙগুন লৌয়ফপব্ লোইবি চৌংগুছং,-লাইজা ইরোনথুংদা গুরু থ্গুনা নৈরম্লে।

লাঙ্গোই শামু অঙৌবনা, ময়া নৈদা রৈশিন্না, খুন্ন খুদক শনশা নৈমায়কুন, চাংজো চেপ্পা, তাংজা নুরেন্দা হাপ্নুনা, মেনবংদা থাং-গৎচবব্ মুংশিবগী ভমখৈ নৈতে পামুবগী মতোন লোৎমদে।

অমুম্না লৌরি য়াগ্নবা, সনামহি পাথংবা খয়ুম লাইয়াম লাংবুম গুই। তাইবংপানগী ফগদবা লম্বিব্ শেম্বিপ্পদনে হায়না পাউতাক-খিয়ে। গুরুগী য়াথংনে, লাংজেং মমৈব্ রাইনগদনে, গুরু ৭ কী য়াথংনে।

---

# মতম খোঙচৈ পান্দম পূন্না

মাইচৌ লাংওন:—মাইচৌ ৭ না তৌচেং পোকপী লাইকোল নোংমাংখা মখোঙদা (অরাং শেকমাইগী লাইকোন্দা), লাংবন থাগী ১৭ নি পানবা ইস্রাই ঙুমিত্তা মচা মনাও ৭ মক্তা পোৌরেম্বা খোংনাংথাবা পন্ডিতনা রাম্বী লীরগা, গণক থেঙ্‌না লাইরিক ওইনা ইখি। মহাক্না য়াওবদি—

১। লাংগোন লুখোই
২। লৈশাংথেম (রাঙ্গোই) খোমা
৩। নম্বোন থোংবম হি মাইবা
৪। রাঙ্ বাজী
৫। মাকলং য়ুম্নাবা
৬। শামুরৌ চিগোং
৭। কমেং থবিবা।

থাগেম্বগী মতমদা য়াওবা পন্ডিতশিং—

১। অপোইমচা
২। থাইদেম তেনবা
৩। সলাম সনাবা
৪। ওক্রম্বা সনামহি
৫। য়ুম্নাম তোম্বা।

গরীবনিবাজ হাক্তা ফাওরা পন্ডিতনা—

১। লৌরেম্বা খোংনাংথাবাঃ লৈশাংথেম খোমা
২। য়াম্বেম কৌগাক
৩। নিঙোম্বা অকোং
৪। গগক থেঙ্গ া মোইরাং-ললহাম্বা
৫। ল্যাংগোন লুখোই ।

অশুম্বা পণ্ডিতশিংসি খাগেম্বগী মপোক লাংগুন মতম মতমদা য়াওগদনে। ও ুরি চানা নিংথৌদা অমুক য়াওগদনে। লাংদাই অমদি চুনা হোৌরা চানা হৌবা নিংথৌদা অমুক য়াওগদনে । লাংদাই অমদি য়াইরেন মরুম সলাইগী হাক্তক্তা য়াওগদনে ।

মতমতুদা পাংকী থরোই অহাম্বা তোকপা নিংথৌনা লাইরেন কসাম্নৈদা তোংউদনা চীংকোক্তসী শুরুং লৈবা অতুদা শাখংবনা ছাংলা জোংচুনা হাওয়ায়া লান হৌগদনে । মচুসু মদোমদে । লোংপোক হাক্কসু লান হৌগদনে ।

লাইরেন মরুমগী মতমদা ঐখোয় ৫ গী লাংগুন অমুক ফাওরকনি,

১। খোংনাংথাবনা · মমিং কা-না হৌগনি ।
২। খেঙ্গ ানা—মমিং নি-না হৌগনি ।
৩। শাইদেম তেনবনা—মমিং তো-না হৌগনি ।
৪। সলাম সনাবনা—মমিং কু-না হৌগনি ।
৫। য়ুয়াম তোম্বনা · মমিং চ না হৌগনি ।

নিংথৌ চুমদবা চুম্নগা শা-লান তোকহন্নগদনে। ঐখোয় ওমদাই অসিদা লোইরে । নখোয় ৫ না অসিগী তুংদা ওংরকপা নিংথৌ হাক্তক্তা অমুক পোকদনে ।

১। লুখোইনা মমিং—পু—না হৌগনি
২। রাঙবাজিনা মমিং—য়ি—না হৌগনি
৩। শামুরৌ চিগোংনা মমিং—থ—না হৌগনি
৪। রাঙোই খোমানা মমিং—ল—না হৌগনি।
৫। খোংবা হি মাইবনা মমিং—স না হৌগনি।

পণ্ডিত ৭ থ্‌ পখিবা।

১। লৌরেম্বা খোংনাংথাবা ২। গণক থেঙ্গ্‌। ৩। শামুরৌ চিগোং ৪। রাঙ্‌ বাজি ৫। য়াম্বেম ফৌগাক ৬। খোংবা হি মাইবা ৭। নিঙোম্বা অকোং। পণ্ডিত ৭ অসি পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক্কা থ্‌ পখিবনে।

পণ্ডিত ৭ অসিগী মতুংদা লাঙোন লুখোই, লৈশাং খোমাগা অনিসি লৈহৌএ। মখোয় অনিনা লৈবাক অসি পুদুনা চীংথংখোম্বা নিংথৌ হাক্তক্কা খেবচীং কাইনাদগী থ্‌ পখিবনে। অনিনা থ্‌ পখিবা মতম, রাইচীং থাগী ১০ নি পানবা নিংথৌকাবা স্থমিত্রা অয়ুকী মতমদা খোঙকম ৩ থাংখিবদগী অহুম্মক উখিদরে। চীঙ্‌ খোংনাংথাবা গুরুনা হায়রকএ, অরাং তাখিবা, নোংচুপ নোঙ্গাবা, নিংথৌ অনৌবা মীপোৎ নাইরম্বা, ইরম্নাই থাদোক্লা, মীরম্নাইবু শেমদুনা, ইরম্নেনবু মীরম্নেন্দা তিনখিবা, নিংজবা পন্দোল লোমখিবা, তুংগী থৌরম লাকয়েনবু-ঙাকথোক্লবা তৌরমদবা নিংথৌ অহুদি চীংথংখোম্বা কৌরনি, তুংগী অফবা, ফত্তবা লাকয়েনবু ঙাকথোক্লবা শিন্নরম্বা নিংথৌদি থাগেম্বনে।

তুবি লাইরেন মরাম্না মেনপুং কাররবদা ইনাওশা লৈবাক মরা ভঙ্গা পানগদনে। মৈতৈ পারি-পুরি লাইনিং লাইশোন হনজিনগনি।

লাংবন খোইরাবনা খোইহাঁয়োন, শাহিং লালহিং ভাম্রৈ, পোইরৈ অতাম্বদা শুক লাংওল্লবরা য়েংউ হায়। পোদ্বীনা শুক লাংওল্লবদি ঐ হল্লক্রয়োই খঙনসি।

রাঙম অতাম্বদগী চেক্লানা, কাক্, কাক্! করি পাউনো? ময়াং পাউনি। করি হায়গগে? অহিং অমা লেকে। লেকফদে। চাক চথোম অমা চাগে? চাফদে। ঈশিং থুয়া অমা থকে? থকফদে। য়েংলোম চংকে? চংফদে। ওইরোম চংকে? চংফদে। নকোক লানগে? লানফদে। নক্রোঙ লীংকে? লীংফদে। হা খোমদোন মৈরোবী চেংনা য়াল্লু, হোই-হোই।

অস্নুম্না ময়াংনা নিংথৌ ওইবা মতাংদা, মায়গৈ ৪ সুংদাই ৮ চংফদে লৈররোই। মতাং অহু লৈবাক অসিদি রাগদৌরিদা! মতাং অসিদা নরৈবাক কল্লনবা কল্লা হোৎনৌ। কল্লবা থৌরমদি, অরিবা খুম্বোক্না, অনৌবা থৌরম পুথোক্না অনৌবা থৌরমবু নমহুনা অরিবা রাঙাংবু খুম্বোক্হল্লো, নমা লোল্লা লাইকোল্লো। লাইবু মমিং হায়গে, খয়ুম সরি মিংখৈবু শোল্লো, অহুনা লেঙদবা নরম্নে। তুবি লাইরেন মরূমবু থ্প্লকমদা লাইনিং মকোক থাহল্লো। হে থেঙ্গ্রা! মতাং অসি লাকয়েল সুংদাই মুতম য়োরক্লে। লৈবাকসি মাঙফদবা লৈবাক্লি। চীঙ্ মালেম লৈশেমনা হায়া শেমলগা কোয়া মফম অসিদা লোইরবা লৈবাকনি। ইনাওশা! চুম্না চুম্না ঙমদাই-রকউ। কুমগী লাকয়েন সুংদাই লাকপদা তাইনপুং-লমদাইবুংদা তাইজোও। অসি হায়হুনা চীঙ্ খোংনাংথাবনা লাংগোল লুখোইদা শিম্নরমএ। থেঙ্গ্রা মাইচৌনা লাইনিংথৌ খুনজাওবদা লীবিরম্বা রানে

(খৃঃ ১৬৫২-১৬৬৬) হরি-হয়া-হে খয়ুম লাইনিংথৌ ল্যাংদাহি পুয়ারী রাববু হায়গে। চৌঙ্ খয়ুম লাইগী লাইবাউবু যেদ্রা ঐনা হায়রবনি।

মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না, ভমদা তারক্লগা, মথেক অহুম থেকপা লাইমরা লোয়ররগনি। মতৌ-মওং অম্ভুনা ইরমলেনবু মীরমলেন্দা তিনগ্রনি। মতম অছুদগী হৌনা মৈতৈ লৈবাকপু মীভোপ্পা থুলিং-প্রগনি, কল্লকই নমু মীওইবও।

নরয়াই অয়িবধু মীরায়বদি, নরৈবাকপু মীরৈবাক ওইথিগনি। ওইদবা লাং থাক্তুনা নপোৎ নয়ন নমহুনা চাগ্রগনি। মীতৌ মওং তম্না লৈবাকী রাথোক ভোয়না পাল্লগনি। নরয়াইবু মীরায়ব্রা? অমগা অমগা য়েংথিনরগনি। পুকচেল লীচৎ শাচৎ মায়দবনা থাওনা তেন্না য়ায়হুনা ঈহং নাইহং তারনি। হৈত্তনা অহৈ শাবা য়াম্বনা ভমদাইবসু রাদৌরি। অহৈবা অখওবদি থুপচিন তাশিন্না লৈপ্রগনি।

মতম তাকে। মথে৮ ৩ থেকপা, মকোক্তা রাহোং মতু থেংপা নহাক্তো, কংলাগী মিংথি খোঙবান্দা মথরাই চুপ্রনি। মহুবু পাখংবা কোনচঙবা কৌএ। মৈবী সঙাইসেনবু পাখংবনা তো য়না পাইরবদি পাখংবা কোনচঙলে হায়বা থঙও। মতাং অমনা পাখংবা লোইবি চীংদা কাহুনা হাওদা তোংহুনা অরাং হাও-ভাওবা হৌরক্লবদি মতাং অমা লাক্লে হায়বা থঙও।

লৈবাকী কুমৈ শৈহৌরক্লনি। মতুং হাক্লা লৈ[illegible]া নোংপোক লমদা লৈখিবা দোলাই মৈয়াম্বা খয়ুম য়ানলাবগী [illegible]াওম্না লাংওন মতম" সুরহুনা নোংপোক লমদা মমিং ভোনা হৌহুনা পোকনি।

মহাক্না নোংপোক হারম পাংনা খোঙদারগনি। মাংদাই মতম অহুদা নোংপোক হায়রা লোইদনা লান্দারক্ল্না নোংপোক থোঙ হংলগনি। মতম অহুরাইদা কাক নিংথৌ চংনা লশ্বী ভাক্রম চীংজেংদা শেন্ন-গনি। কাক নিংথৌ চংনকম লশ্বীনে হায়বা থঙজোও।

মতুং হাক্না কুইরগা অত্যা শিদবশী মমীৎ ভাকয়েল লমকেল অনিদা তুমীৎ লুরান চঙলবদি লৈবাকী লাঞ্জাও হৌরে হায়বা থঙ-জয়ো। মতমতুদা নোংচুপ থোঙ থিংহুনা, মৈতৈ অরিবা থুবম হন্দুনা মপা মপুগী লাইনিং লাইশোন হঞ্জিল্লনি। হা থোমদোন মৈরোরী চেংনা য়ানবা থাকরোই। নপা নপুগী সরি মিংথৈরেম্না লেঙদবা নরন্নি। মতম অহুদা ফুরুপ ৩ থোক্না থুল্লিংনরনি। মতম অমদি মৈতৈ মায়চৌ ৭ মক্না মাগী মাগী পোক্লফমদা অমরক পোক্লে থঙগদবদি, লাইরেন মরুম সলাই পোক্লবদি ঐশু পোক্লে হায়না থঙও! মতম অহুদা ঐগী য়ুমফমদা হঞ্জিল্লকনি। থেজ্বা ঐগী থুপ্পকম নাগ ভুরেল খোংহুংদা লৈবা লৈপুং অহুনে। লয়েন থুরাই হাওবা লমাংদোংদা লৈবা লৈকোয় পাংতা তাউরক্লবদি, থেজ্বা ঐগী থুবমদা হঞ্জিল্লরবনে। মতম অহুদা লৈবাক অসি রাগদৌরিদা, হান্নগী মলোম্না। অহুগা থিংবা য়াবমথৈ থিংগে।

চাক্লকদৌরে লোন্নকদৌরে। স্নমিং ৭ নি মন্নগনি হে মীওই শিংও। কোরৌথক্না উরোক সজ্ পাইরকনি। মৈগী তেন কাপ-লকনি তুগী তেন কাপতুনা মী য়াম্না শিরগনি মতাং অসিদা শেল চগুপা ...াই য়াম্না থোরক্লবদি. ময়াং কাক নিংথৌগী মতম লোই-গদৌরে; নোংপোক্না-নোংচুপ পাংনা খোঙদারকনি। নোংপোক্তি থুমন অরিবা মরু থুক্লগদনে হায়বা থঙও।

সনাসহি পাখংবা মচিন-মনাও উনরে হায়বা খুন্দমরি, পাউনম হিদেনবী য়াংমদা সেক্তা সনমথক্তা পামেল কোকন পান্থী হৌরক্রবদি, সনাসহি, পাখংবা উনরে হায়বা খণ্ডও ।

মতাং অসিদা কোরৌথক্তা সভাইসেন তোয়না পাইরক্নি লাইনিংথৌ খুম্বাওবনা (খৃঃ ১৬৫২-১৬৬৬) মতমগী লাংদা হুংজবদা, থেংগ্রানা খুম্বাওবদা লৌবিরম্বা য়ানে । পুয়াসি মৈদিঙু চুরাচান্দ হাক্তা ( খৃঃ ১৮৯১—১৯৪১ ), তোকপিয়া পণ্ডিত অচৌবনা পুথোকখিবনে ।

# কার্ত্তা-শ্রীগোবিন্দ নির্পণ

মথক্কী ৫৭ সুবদা ওইবা নিংথৌ কার্ত্তা চীংথংখোম্বনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইবা মতম খৃ: ১৭৬২ দা, মমাগা পোকমিন্নবা ন্নায়েনবম খৈলৈ ন্থুংনাং তেলহৈবা (খেলেম্বা) কৌববু, মোইরাং নিংথৌ হাপতুনা, মোইরাংদা পানখি ।

খেলেম্বনা, কার্ত্তাদা, মোইরাংগী লম নিবৈ । কার্ত্তানা লম পিত্র্রবদা, খেলেম্বনা মবুক্তা হুত্তাইতহুনা অন্না নিংথৌপা লৌতুনহুনা, মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান্দাখি । অন্নানা য়াম্নমখিবনা মৈতৈ থাওবা ন্নাদহুনা কার্ত্তা লানক্তেনখি খৃ: ১৭৬৪ সুবদা ।

কার্ত্তানা খৃ: ১৭৬৪ দা তেখাও ( আসাম ) ত্তান্না লাক্তুনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবগী মক্কমদা, অন্না তাম্হোক্লবা মতেং পাংবিনবা চওজখি । কার্ত্তানা তেখাও লৈবাক্তা হুত্তাইনা লৈন্নে হায়বা পাউ অহুনা, খেলেম্বনা তেখাও নিংথৌদা, কার্ত্তাবু মাঙনবা পাউ থান্নমই । মসিগী ন্নান্নমসি,

"শ্রীগোবিন্দ নির্পণ কৌবা মৈতৈ পুন্নান্দা মথাগী অন্থন্না ইন্নি, মৈদিঙু চীংথংখোম্বা মহারাজদি তেখাও য়োনা চেন্নে । তেখাও নিংথৌনা চান্না য়োক্লকএ । হুত্তাইনা পান্নবদা, মোইন্নাং নিংথৌ খৈলৈ হুংনাং তেলহৈবনা হায়খি, হে ইত্তাও নিংথৌ ! নংনা য়োক্লিবা নিংথৌ মচাহুদি, ফত্তবা মীনে ; নং মাঙশনি, থমগনো,

হায়না চিঠি পীরবদা, তেখাও লৈবাক পুম্নমক তায়বদা, তেখাও নিংথৌনা হায়এ -,

মৈতৈ নিংথৌ অসিবু মতীক চাউএ, মাগী মতীক য়েংসে, শামু লম্সা অঙাওবা অসিবু ফাহনসে হায়না তানহুনা তেখাও নিংথৌনা হায়এ—,

হে মণিপুর মহারাজ! নংবু ঐগী তেখাও লৈবাক পুম্বনা মৈতৈ নিংথৌ অসিবু মতীক চাউএ হায়বা তায়এ, মাগী মতিক খঙসে, মহারাজগী শামু লমসা অঙাওবা অসি ময়া পায়হনসে হায়রে। মণিপুর মহারাজ! হয়েংগী মুমিত্তা শামু ময়া পায়রো হায়রবদা, কার্ত্তা মহারাজনা খুমএ, ঐগী লৈবাক কায়রবগী নিংথৌ নংগী লৈবাক্তা চেল্লকপনে। মীওইবনা ভমদববু তৌও হায়রবদি, হয়েং মুমিত্তা ঐ শামু ময়া পায়রগে হায়না খুমএ।

কার্ত্তানা অহিং নোংশোইবা চাদ-থক্কনা ব্রত তৌহুনা, শ্রীগোবিন্দগী খুযাবু নিংএ। কার্ত্তাগী স্বপনদা শ্রীগোবিন্দনা, ভাগ্য-চন্দ্র! রাগনো, ঐ লাক্লে। হায়রবদা, কার্ত্তানা খুরুমজে, ইবুঙো নংনা মণিপুরগী নিংথৌ অমুক্তা ওইবিও, ননাই ঐনা ইবুংঙো নংগী ননাই ভান্দারী অমুক্তা ওইজগে হায়জরবদা,

শ্রীগোবিন্দনা ফরে ঐগী মুর্ত্তি য়েংহৌরো, নংনা নংগী লৈবাক্তা পাল্লরবদা, নংগী কাইনা কৌবা চীং অতুদা, থেবোং ওইনা হৌরমগে নংনা ঐগী মুর্ত্তি শাও, হায়রমগা শ্রীগোবিন্দ থুপথরে। মহারাজনা রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহ পাচঙ্লরবা, মনা য়াথং তাক্না, শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি য়েকহল্লে।

নোংভাল্লবদা, তেথাও লৈবাক পুম্বনা খোং তৌরে, পন শারে। সগাই শারে। নিংথৌনচিংবা তেথাও লৈবাক পুম্বা সগাইদা কম-ডুপা কুমৈ য়েংলবদা, কার্ত্তান্ন চাইথরে, ভোজন ভৌবা লোইরগা খামেম চৎপা কৈজোম শেৎলে, লমথাং, খুৎলং য়েৎলে, সনা খুজি তাম্নচিংবা শিন্থনা লাক্লে।

তেথাও নিংথৌনা হায়রে, হে মণিপুর মহারাজ! চঙলো হায়র-বদা, রাংখৈ গোপীরাম পাচহ্নবা, অয়েকপা রসমোন কৈরুংবা অনিনা, সনা থৌগল তৌজেমএ। মপু মনাই ৩ চঙলক্লে।

তেথাও লৈবাক তিনবা মন্নায় য়োৌরবদা, শম্ লমসা অঙাওবদু থাদোক্লে। শাম্ অত্নুনা মহারাজগী সনা মাঙ য়োৌনা চঙশিল্লক্লে। সনা মাঙ য়োৌরবদা, শাম্ অত্নুনা মন্না ২ লৈপাক্তা য়েশিন্দুনা খুরু খুদক কুল্লে। সনা খোঙ লেঙথরগা খোঙ ২ না শাম্ মন্না ২ বু নেৎলবদা, রাংখৈ পণ্ডিত, অয়েকপা কৈরুবা ২ না শাম্গী মথক য়োৌনা সনা থৌগন তৌজে।

শাম্ডু হৌগৎতুনা তেথাও লৈবাক তিল্লিবা অদু কোয়না মহারাজবু পুরে। কোয়বা লোইরবদা, খুরু খুদক কুল্লে। সনা খোঙ লেঙথরগা শাম্ লমসা অঙাওবদু পুথবে।

রাংখৈ পণ্ডিতনা মহারাজবু মনমদা পোত্নুনা তেথাও লৈবাক য়োৌনা সনা থৌগন তৌএ। তেথাও নিংথৌনা হায়এ—,

হে মণিপুর মহারাজ! নংগী খুন্নাদা ননাই ঐনা য়াম্না লাক্লে। ঐগী রাজ সিংহাসনবু কৎচন্নবনে হায়না সনা খোঙ শোক্না খুরুম্লে। পাত্র মন্ত্রী পুম্নমকসু খুরুম্লে। তেথাও নিংথৌনা মাগী লৈবাক

পুম্মক্কা লোয়ননা কার্ত্তা মহারাজবু য়াম্না নুংনা সনা থৌগল তৌরে ।

"চীংথংখোম্বা শাম্ কাবা" হায়বা মৈতৈ পুরাণ্ অছুদনা অম্মুম্না হায়রি—,

"মৈদিঙ্গুনা মাঙ্গং নোংলৈ অয়াঙবঙ্গুম্না ম্নারেন ময়া অনিমকপু পায়গে হায়না চক্তশিল্পকপব্, মৈদিঙ্গুগী লাংওন অরুবা রারক অরেম্বু শংশংনা উবদগী লাঙ্গোইহি শাম্ মতোমমক থুরু খুদক কুম্না লাইরেন মৈদিঙ্গুবু, লাঙ্গোই হাজং চাবা শাম্ মচুম তাবা অঙাওবা অছুনা, য়োইনা পুরুমগম্মে । লাঙ্গোইগী ময়া থম্বৌ লৈয়োনগুম্বা অনিমকপু, শ্রীলাইরেন শম্ থুংনা নমদনা পায়রে । মৈদিঙ্গুগী খোঙকে থম্বান মানবনা, শাম্ মরাইবক্তা নেংলে । অম্মুম্না তৌবা ম্নাইরেন পাঙ্গন মথৌমন অসিবু শংশংনা উরবদা; তেথাও নিংথৌ লৈকৌয় কম্বনা, পুক্কিং অকিববু চগুছুনা হায়রকএ—,

হে মণিপুর পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ ! নংদি লাংওন মীওই-পানবু নম্বুরে, চীংঙ্গু ন্নোংথৌ সরারেম্না, তেথাও ঐগী ইরৈপাক ইপুংম্নায়দদি লেপনা মালেম তম্পাক্কি লৈতারবলে হায়না, থরাই মিরেন খাথংননা ম্নালেম লৈনা কুমনা, চরৈ ওক্তা য়েংনা, লাইরেন সনা মখোঙখাদা পুরুম্নরে ।"

---

# কার্ত্তা-খেলেম্নবা হাংপা

খৃঃ ১৭৬৮' অসিদা, খেলেম্বগী মী লৈরক্কবা, মৈতৈ প্রজানা মাবু য়ারক্কবা অতুদা, খেলেম্বনা কার্ত্তা হাংনবা হুমিং ৭ নি বজ্ঞ তৌহুনা, তা অমা শাখি। তা অতুগী মমিং কার্ত্তাঘণী হায়না কৌই।-খেলেম্বনা মাগী মী লৈরক্কবা অতুদা, মতোমতা কিরকুনা মচাম্নুপী রুসরিকাবু. সমজোক ওম্বী কৌহুনা সমজোক নিংথৌদা থাজহুনা, পীরগা, সমজোক্তা খেলেম্বা লৈরে। অতুদা মানা শাখা কার্ত্তাঘণী কৌবা তা অতুদি, মোইরাংদা লৈহৌরে।

মতম অসিদা কার্ত্তাস্ম, মণিপুর প্রজাগী পুক্রিং য়েংগে হায়না চীংমী শাহুনা মতোমতা মণিপুর তাম্না লাকুনা মফম অয়াম্বা কোয়না চংতুনা প্রজানা ওাংনবা ঈ-প্যাউ পুম্বা তারে। মতুংদা লমাংদোংমী চিক্ন খুন্দা লাক্কুনা লোক অমদা চাক থোংহুনা চারিঊেদা, নিংথৌ খোংগী হম্মী-অমগা থেংনহুনা; হম্নবীহুনা, হাওবা নংবু কনানো ? মৈতৈ নিংথৌ মচা অমা মতম কুইনা মাওথিবা অহু মানপ্পেদা হায়না, হম্না হম্না হংবুদা, তাক্কবা ওমদহুনা, কার্ত্তাগী অওইবা মশক অম্ম তাকখি।

নিংথৌখোং হম্নবীহুনা কার্ত্তাবু নিংথৌখোংদা পুরক্কুনা মাম্না চেকশিন্না, মগুম্নুপী কেশরী কৌবী অমনা সেবা তৌহন্দুনা থমই। মতম খরা লৈরগা কেশরী কৌবীদা কার্ত্তাগী মচা অমা পোক্রগা,





অমুক কার্ত্তাব্ নম্বোঙ্গা গৌরশ্যাম শর্ম্মগী মুমদা লাক্কু্না উনরে।

গৌরশ্যাম শর্ম্মনা কার্ত্তাব্ মী খঙহন্দনা সেবা তৌহনা থমখি। অকল অথৌ থরা খোমহনা খেলেম্বনা শাবা কার্ত্তাঘণী কৌবা তা অহু লোয়া হুহল্লুরে। মতম অসিদা, খ্ যোং- চন্দ্রমনি, অখাম মেজোর, হুইগ্রোবা সুবদারনচিংবা লাক্কু্না কার্ত্তা হায়বা মিং অসি রাজকুক কুইনা লৈরে, হায়হনা কার্ত্তা চৌংখংখোম্বা হায়বা মিং অসি থোন্দ্না লোয়া নিংথৌ অভিষেক তৌখি।

খেলেম্বনা কার্ত্তাগী মরা মপাউ তাখিদবা কুইরবদা, মণিপুর য়েংগে হায়না অরাদগী মী থরগা লোয়ননা লাকখি। মানা লাকপগী রাসি কার্ত্তাগী মনাইশিংনা তাহনা, অকন-অথৌ নিপা ৩০ মরুম থাহনা, সালাম খোংঙম কৌবা কার্ত্তাগী মনাই অমনা কার্ত্তাঘণী কৌবা তা অহু পায়হনা খেলেম্বব্ ওকপা শাহনা চঙলক্লগা. মাবু লৈশিং লৈখোয়া, তেংথা নাওইনা থাগৎপা শাহনা অথেনপোৎ শাহনা য়োংখোকনচিংবা খুৎলাই ময়ামবু পুশিন্দুনা থম্বদা; খুদক অতুদা খেলেম্বনা চেনগে তৌবদা, য়োংখোক্লা লুখমদা থারে। সালাম খোংঙম্বতি (কার্ত্তাঘণী) অহনা খিন্দুনা খেলেম্বা হাংখি লৌশিপাংতা। অরা, মোইরাং লাগী থরা হাংলগা থম্বনা চেনখ্রে। অম্মুম্বা কার্ত্তা চৌংখংখোম্বনা খ্: ১৭৭০ সুবদা চজিংদা সঙ্গাই শাহনা হোংগংখি।

মণিপুরদা লৈহৌবা ইবেম্মা ১। ভাংবম চম্বুগা ২। অখাম চম্বুগা মৈদিঙ্গী নাক্তা লৈরে। অহুগা সালা খোংঙম্বা কবোদা চংত্না মজা ইবুঙো অনি ১। লাবন্যচন্দ্র ২। মধুচন্দ্র লৌক-হনা পুরকখি।

মতম অসিদা অয়ানা অমুক লান্দায়ক্ত্না কাত্ত'ব্ কাছার তান্না লানজেনখি। মক্লিক অসিদা ১ | কৈবিয়াম ২ | কোকিলানন্দ ৩ | ভগবন্ত ৪ | য়াংখে খুলিংমচিংখমা মতম খয়া লৈঘাক ভাকখি।

খৃঃ ১৭৭৫ সুবদা কাত্ত'ানা অমুক্ক হুয়া মৈতৈ নিংথৌ ওইয়ে। কাত্ত'ানা লমাংদোংদা নিংথৌ ওইদুনা লৈরে। মতম অসিদা লৈ-হৌবা মদাইরেম (য়াণী) ৩ লৌহল্লুই। তেখাও নিংথৌনা য়াজবা-লোক কৌবা শামুগা অতৈ শামু ৬ কা লোয়ননা পীয়কই। অখেল নিংথৌনম্ভু শামু অমা পীয়কই।

কাত্ত'া মহারাজগী ইবেমশিং :—

১। অথাম চম্বু চন্দ্রমুখি
২। লাইশ্রম চম্বু চম্পাকলতা
৩। সয়াইসোম চম্বু প্রিয়া
৪। হুমলেনবম চম্বু কৃষ্ণা
৫। চৌঙাথম চম্বু সুরঙ্গিণী
৬। হাওবম চম্বু ভাগ্যবতী
৭। খিয়াম চম্বু রুহিণী
৮। চৌঙাথম্বী চম্বু মহা
৯। অথাম চম্বু নহা
১০। সাপম চম্বু নহা
১১। খুম্বোং চম্বুমচিংবা ইরেমশিং ৯২ না সেয়া তৌখি।

# কাণ্ঠা বংশ মচাশিং

১। অথায় চহু চন্দ্রমখি লিক্লাং য়োইহনবী ভানুমতীনা মচা

(১) লাবণ্যচন্দ্র খ: ১৭৬৩ দা পোকই। নিংথৌ ওই।

(২) ভবানন্দসু পোকই, নহা ওইনা শিখি।

২। ভাংবম চহু হরিমতীনা মচা

(৩) মধুচন্দ্র খ: ১৭৬৩ দা পোকই, নিংথৌ ওই।

৩। চৌংভাথম চহু দেবকন্তীনা মচা

(৪) হেমচন্দ্র নৌনা লৈখিদ্রে।

(৫) চৌরজিৎ খ: ১৭৭৬ তা পোকই, নিংথৌ ওই।

৪। সাগম চহু হুংথিল চাইবী দেবযাণীনা মচু।

(৬) মারজিৎ খ: ১৭৭৬ তা পোকই, নিংথৌ ওই।

৫। খুমোং চহু ভাগ্যবতীনা মচা

(৭) বিশ্বনাথ জয়বীর দাওজী খোংজাইভম্বা যুবরাজ (খোংশাংবা) পোকই।

(৮) গম্ভীরসিংহ খ: ১৭৮৬ তা পোকই; নিংথৌ ওই।

৬। অথায় চহু চন্দ্রমখীনা মচা

(৯) তলসিং খুরাইলাকপা খ: ১৭৮৩ তা পোকই।

৭। শরাইসোম চন্দ্র প্রিয়াদা মচা

(১০) লোমাকান্তা শোকই, ঐ তায়বদে ।

৮। যাত্ৰম চন্দ্র কেশরীমা মচা

(১) পূরবাজ কালরাজ খৃঃ ১৮৩৮ শোকই। সিংথোখোংগী শনানি ।

ইবেমশিং ৮ঙ অথদি শোইনাইদে । ঐ তাদে ।



# মৈতৈ রাজবংশশগী থৌগল্লোন চৎনবী হৌনবী

থাবল্লা মরাংঙৈদগী হৌনা মৈতৈ রাজবংশশগী চৎনবী, হৌনবী থৌগল্লোন ব্যাবহার, থকসি-খাসি অসি য়াম্না ফজৈ, মীওইবা সমাজদা অতাওবসি। মথোয়গী মথৌনা, মরীংজেল, শিবা কিদবা, হায়নথ্রবা রা হোংনদবা অসিমক্না মবম ওইতুনা, মৈত্রবাকী মনিং-মথা তম্বা লৈবাক ভাকপগী মরমদা রায়েন থৌদাতুনা খ্বাইগী লুচিংবা ওইনা মথোয়না লৈরক্লি।

মৈতৈ নিংথৌমচাশিংগী থকসি-খাসি, মমা-মপা, মচিন-মনাওদা চৎপা ব্যাবহার থৌগল্লোন ফজবসি করি হায়গনি, মপাবু, পাবুং (পাবা + ইবুঙো), ময়াম্ববু-য়াম্বুং- য়াম্বা + ইবুঙো), মচা মনাওদসু, ইজা ইবুঙো, ইনাও ইবুঙো অসুম্না হায়তুনা লোয়নৈ।

য়াম্না শাউনতুনসু খুংলাই পায়তুনা হাৎনবা তারবা ফাওবদা, ব্যাবহার থৌগল্লোন্দি থক কায়নদে। মপা মচা, মচিন-মনাও খুৎলাই পায়নতুনা হাৎনবা তারবা ফাওবদা, মচানা হঙ্গৎলি পাবুংগী থৌগন কংজবতারে। মপাবুংনসু ফরে ইচা ইবুঙোগী মতুং ইঙ্গগে- হায়না য়াম্নৈ। অথীবা রা হায়নতুনা চৈনদে। অতুনা নিংথৌ মচাদি, পাবুং পাবুং, য়াম্বুং য়াম্বুং, হায়না হাৎনৈ হায়না অহন লমন্না থাপ্পৎনৈ।

অসুম্না মপা মপুগী মগুণ ভাক্না, রাহৈ লমচৎ-ব্যাবহার, থৌগল-লোন কায়নদবা, হায়নথ্রবা রা হোংনদবা, শিবা কিদবা, মথৌনা মরীংজেন লৈবা, লৈবাক প্রজাগীদমক মথরাই থাদোকপা পামুদবা

মরমদগী মৈতৈ নিংথেম মচাশিংগী লৈবাক প্রজানা সনাখ্বা হায়বা খাইহৈসিনা মিঙৌনৈ। নিংথৌ মচা মগুব সনাখ্বা হায়না কৌনৈ।

অমুম্বা নিংথেম মচা মুপী ইবেমশিংব সনা ইবেম্বা সনা, ইবেম্বা পোকপা লৈমমচিংবসু, মপা মপুগী খাইহৈ লমচৎ-ব্যাবহায় খোৗগজ্রোন রাঙাং-শাঙাং-লেবানচিংবা ফজবা মরমদগী, মখোয়ব লৈবাক প্রজানা মচা, মমৌ ওইনবা পায়হুনা হায়জহুনা, মমল তিংনা হায়বদি সনা খাগোক হান্দুনা লৌনৈ।

নিংথৌ মচা মগুব নিংথেম মচা হায়না খঙনরে। নিংথেম মচাগী মচা মুপীব সনা হায়না খঙনরে। নিংথেম মচাগী মচানিপাবুসু সনা হায়না কৌনৈ। অহুনা নিংথেম মচা মগুহুনা নিপা ওইরগা সনা ইবুঙো নিংথেম মচাগী মচা মুপীব সনা ইবেমা হায়না কৌনৈ। সনা ইবেমশিংব লৌবা নিপাহুব অঙাং হায়না কৌনৈ, তঙাং, খুরা-ঙাং, ইবাইঙাং অসিনচিংবা। অঙাং-সনা ইবেমশিংনা পোকপা মচাব নিপা ওইরগা ইবুঙো হায়বা খাইহৈসি হাপই মহুদি তাদা ইবুঙো = তাইবুঙো হায়নৈ। মুপী ওইরগা লৈমা হায়না কৌই। নিংথেম মচানা লৌবা মৈতৈ চমুব সিজা হায়না কৌনৈ।

নিংথেম মচা মিংহুন্দা লেপ্লিবা মথৈগা, থক্তা নিংথৌজা হায়না লৈপ্রবা শাগৈ মথৈগদি অমগা অমগা চমু নিঙোন লৌনা-লৈনবা য়াদে মরমদি, মপা-মপু, মউ মখোঙ অমত্তনি। ঈরম, অমত্তদগী সাইরুক, খোংলম খুদিংদা পোকখিবনি। পুকোক য়ুমদাবনি, লৌ-নফদে। নামুং-য়েমৌনবনি পুয়া পুকোক ময়েক শাম্বা মুংনবনি তৌহৈদে হায়না লেপ্নখি।

অহুপা নিংথেম মচা লেপ্পদি, শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজ নিংথৌরেলগী সনা হাক্তকী পিবা নাও-মথৈ লেপপা হৌরসি। মৈপিণ্ড্ তুমী চয়াইরোংবা সনা হাক্তক ফাওবদি, লাই তাইবং ত্যাকনি। নিংথৌ-রেলগী থকী মথৈগি সিংথোজা যুমতাবা মৈত্তে নিংথো পুকোক ওইদনা লৈরসনু, শাগৈ পিবা নাও চাউমক্তে হায়নথি।

ইবথৌ নিংথৌরেন গম্ভীরসিংহজনা পোক্লখা ইপা, ইতোন, ইচিন ইনাও অসি মথৈনা পুক্লপ অমা ওইনা লেগু্না নিংথৌ শাগৈ ওইরগা, লুপ্তি থৌরম মিংছম ইন্দুনা লেপ্পসি হায়না অয়াম্বা শাগৈগী সনাথ্যালিংগা, লৈবাকী অভম্বশিংগা য়াওনা লেপ্পহুনা মশা মশাগী থৌরম, কমথোলগী মিংছন মতুংইন্না মৈত্তে নিংথেম মচাগী ক্রুপ শাগৈ থাম্নবা হৌথি।

# মৈতৈ নিংথৌখোয়গী মচাগী শাগৈ কুরুপ

১। যুবরাজ বংশ অমদি উরুংপুরেন ময়ুম কুরুপ শাগৈ—
ইবুংঙো নিংথৌরেন গরীবনিৱাজনা মহারাণী গোমতী পাইখু
লানথবীদা পোকপা ইতোন ইবুংঙো। শত্রুঘনসাই তোলেন তোনবনা
যুবরাজ ওইরম্বা মরমদগী মাগী থারাবু যুবরাজ বংশ হায়না
খঙনরসি। (মতুংদা মচা মতুনা উরুংপুরেন ওইবা মরমদগী, বংশ
অসিবু উরুংপুরেন ময়ুম হায়না খঙনখি)।

২। কার্ত্তা বংশ—কার্ত্তা মহারাজগী মচা মতুনা কার্ত্তা
বংশ হায়না খঙনসি, মরমদি, খেলেম্বনা কার্ত্তাবু হাৎনবা কার্ত্তাঘণী
হায়বা তা অমা শাবা, অহুম্বা তা অহুনা খেলেম্ববু হাৎতুনা কার্ত্তাগী
বংশ অসি লেপখি, অহুনা কার্ত্তাঘণী কৌরা তাগী মিংহুনগী লৌহুনা
বংশ অসিবু কার্ত্তা বংশ হায়না লেপ্লসি।

৩। সেনাপতি ময়ুম অমদি নরসিংহ বংশ—ইতোন ইবুংঙো
তৌত্রামসাইনা সেনাপতি ওইবা মরমদগী মাগী থারাবু সেনাপতি
ময়ুম হায়না লেপ্লসি। (মমৈদা নরসিংনা নিংথৌ ওইবদগী নরসিং
বংশ কৌখি)।

৪। মন্ত্রী ময়ুম—ইতোন ইবুংঙো অনন্তশাইনা, মন্ত্রী ওইবা
মরমদগী, মাগী থারাবু মন্ত্রীময়ুম হায়না লেপ্লসি।

৫। লৌরুংপুরেন মমুম—ইতোন ইবুঙো, হরিচরনশাই, ছুরিভশাই অনিনা লৌরুংপুরেন ওইবা মরমদগী, মখোয়গী ধারাবু লৌরুংপুরেন মমুম হায়না লেপ্লম্লসি।

তুবী চরাইরোংবগী মচা গরীবনিরাজ নিংথৌরেনগী মনাও ত অসিদগী ফুরূপ ৩ অমগা লৈরি মখোয়তুদি—

৬। গরীবনিরাজগী মনাও লোয়ম্বগী ধারাবু কৈথেন তাবম কৌরে।

৭। গরীবনিরাজগী মনাও খগ্লাং পনশাবগী ধারাবু য়াইস্কুল-লাকপম কৌরে।

৮। গরীবনিরাজগী মনাও মানশাইগী ধারাবু পাচহনবম হায়না কৌরে।

অসুম্না মণিপুরগী নিংথেম মচাশিংসি ফুরূপ ৮ থোক্না থায়-দোকখি। হৌজিক মণিপুরদা অমস্তুং মণিপুরগী মপান্দা, অতোপ্পা দেশশিংদা লৈরিবা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংসি মখক্তা হায়রিবা নিংথেম মচা ফুরূপ অসিগী ধারা তাক্তনি।

## কার্ত্তা-পঙম্বম ওমাসিং

মতৌ অম্সুম্মা লমাংদোং কোন্সুংদা কার্ত্তানা প্রজাগী মুংঙাইনবা খন্দ্‌না লৈবদা, নোংমগী অহিংগী মঙদা শ্রীগোবিন্দনা হায়রমই, কার্ত্তা নংদি রাজভোগনা ময়াই কাহনা ঐ কাওয়রব্রা ? ঐদি নংবু লাকপা ঙাইহনা, চাদ থক্কনা, অহিং লিক্লা খাঙ, মুংখিল মুংশা মৈচাক খাঙহনা লৈবা কুইরে। ঐ চংলো হায়ব্রা ? য়েংউ ঐবু মুংশিব্রা হায়রম্লগা মাঙখ্রে।

নোংঙাল্লগা কার্ত্তা মহারাজনা, মঙগী রাখল তৌহনা মুঙাইতনা লৈরিঙৈদা, কাইনা চীংখোঙদা তাবা, পাঙম্বম ওমাসিং কৌবা নিপা অমা, লমাংদোং কোন্সুংদা লাক্লগা হঙ্গংলৈ—,

ওমাসিং—শ্রীমুং ইবুঙো, ননাই ঐখোয়গী খুল অহুগী, কাইনা কৌবা চীংদা, মৈতৈ নিপামচা অমা, হাওগী মখুং চা থক্ক্‌না লৈরে। মরম অসি, মহারাজ সনা চয়ন্দা হঙ্গংপা লাকচবনি।

কার্ত্তা—ইপা ! নিপামচাহুদি মশক খঙব্রা ?

ওমাসিং—ইনিংথৌ ! মশক্তি খঙজদে।

কার্ত্তা—ইপা ! চীংমী মুপীহু পুহনা লাকউ।

ওমাসিং—ইনিংথৌ। চীংমী মুপী পুজরক্লে।

কার্ত্তা—ইমা নংনা চাক পীজৈ হায়বা মৈতৈ মচাহু কনানো মশক খঙব্রা ?

চীংমী মুপী— ইনিংথৌ ! ননাই ঐনা ইচাশিং পাম্রৌ য়ানবগী চানবা চয়োম থিনবা চৎপদা, মরীদা অঙাং অমা লৈরমহৌনা, ঐবু থৎহুনা, মথ‌ৎ মামনা মবুক্তা মান্দুনা, ইমা নংনা পুরিবা চানথরুকবহু, ঐসু থরদং পীজরমউ, ঐবু লাম্বনা খোঙ থাংবা থোক্তরে। ঐ অসে ইমা ইনা লৈজত্রবা, ঐগী কনা লৈজদবা মচানি। ইমা নংনা ঐবু থরাই হিংনবা য়োকপিয়ু। চাদ-থক্তনা মকমসিদ ইয়ুম ইকৈ নাইদনা কোইজাইনহৌনা, চঙজ-হায়জফম খঙদনা লৈজবা ঐনি। ইমা লামশ্রেদা হায়।

হে মহারাজ ! মচীন্দা রাসি ঙাংন ঙাংনা চঙলক্ত‌্না, ঐগী খুত্তগী চয়োমহু থোক্ত‌্না লোৌরগা, মথুৎনা থরা থাইদোক্লগা, নচাশিংগী চানবনা অসিমথৈ পুবিথো, ঐসু ঐগী শরুক অসিমথৈ চারগে হায়-দনা চায়। চাবা লোয়রগা চৎলগে হায়হৌনা হেক্তা চৎখি। ময়ুম হংবসু তাক্তে। মখিং হংবসু তাক্তে। হে মহারাজ! অঙাং অদো মাবু মুংশিরোইদবা য়াওরম্লোই।

কার্ত্তা ইমা! অঙাংহু কুচু কমদোই? করি কি শেংলি? মশক মতৌ করম তৌবগে?

হাওম্ববী - হে মহারাজ! অঙাংদো কুচুদি থরো অশংবগী মচুনি। সনা কিগে হজাম মপান নাপু মানবা কৈজোম শেংলি। পাম্বোম অনিহৌনা মথুউ মখা য়োনা চোই্হে। অঙাংহুগী থোইথোই তাবা শন্নাং অহৌগী মকোক্তা; পোম্বী চেক্লা রাহোংগী মহৌনা চেপাতক তৌনা থেংলি।

চংলমদাই খুদিংগী মথেক অহুম থেক্রুনা, খোইরুম যোমোন নোক্তুনা, মবুক্তা মখুৎনা নান্দুনা, হাওখ্রেদা ইমা, নংনা পীজবসে, অমুক হাওবা তাইবং চীনচাক অসিবু পীজবিনবা ঐগী কনা লৈ- জদবনা চাদ-থক্না লৈরিবসে, ইমানা পীজবসি ঐনা চায়গা, মহুগী লমন হুয়েং ঐনা চাউরগা শিংগনি হায়না চংখি ।

কার্ত্তা—ইমা! অঙাংছু কয়া চাউরে ?

হাওমুবী—হে মহারাজ! অঙাংদো, অঙাংতা অঙাংমু নত্তে, তাইবং পাখংনি হায়বমু নত্তে । কাঙজৈ কাঙছ পায়রগা সড়ক মতা অফবদা, কোয়না শান্নবা ঙম্নবা শনশেল যনঙাক ঙম্নকলবা মওংনি ।

কার্ত্তা—ইমা, মাগী মমিং করি কৌবগে হংব্রা ?

হাওমুবী—হে মহারাজ! মাগী মমিংদি, ঐনা হংবদা, হায়বদি হায়, অদুবু কনাগুম্বদা তাকনু হায়দোকমু, ইমানা ঐগী ইমিংসি কনাগুম্বদা হায়দোকপা মুমিত্তগী নংগী ননাক্তা লাক্তুনা, চাব-থকপা, উনবা তৌরয়োই হায় । অদুবু মহারাজনা হংলবনিনা, মহারাজগী মফমদদি ননাইনা থম্না লৈতনা হায়জরগে ।

হে মহারাজ! অঙাংদো মমিং অমত্তা অরেপ্পা হায়দে ।

১ । অহানবা হংবদা মানা তাকপা মমিং, বিজয়নাথ বৈকুণ্ঠ নারায়ন কৌই হায় ।

২ । নোংমনা, গোবিন্দ, গোলোক নাথ কৌই হায় ।

৩ । নোংমনা, গোপীনাথ কৃষ্ণ কৌই হায় ।

৪ । নোংমনা, মদন মোহন কাক্সা কৌই হায় ।

৫। নোংমা অমনা, নিত্যাই লালা কৌই হায়।

৬। নোংমনা, অদ্বৈত গোপাল কৌই হায়।

অহুম্না অরেম্না মমিং অমত্তা হায়রে। লৈবদি কাইনা ভার্ধ-মুখ চীং অসিদা লৈ হায়। অশেংবা মফম অসিদনি হায়বদি থক তাক্কে। মানা নিতিগী ঐগা উনকমদি থুডই। লৈফম্মক্তি শেংনা খণ্ডদে।

অসি হায়না হাওদুবী অহুনা হঙ্গৎলবদা, কার্তা মহারাজনা শোয়স্রে, শ্রীগোবিন্দ ওইবা তারে হায়না লেপ্লহুনা, গোবিন্দ লৈবা মফম থিবা লৈবাক প্রজা অঙত্বমথৈ বিষ্ণুপুর লমাংদোং সঙ্গাইদা কৌহুনা তিস্লে।

# শ্রীগোবিন্দ নির্পণ

শকাব্দ ১৬৯৭ খৃঃ ১৭৭৫ ইং পোইন্নগী হুম্নি পানবা শংগোল-শেল হুমিত্তা কাইর্না ভাষমুখ চৌংদা চংকদবগী সনা সঙ্গাই বিষ্ণুপুর কোম্নুংদগী লেঙথোরকথি। থাঙজ হুমিত্তা ভাষমুখ কাইনা চৌংদা কাহুনা হাওম্নুবী অহুদা মানা গোবিন্দগা উনবা মকমহু কদাইদনো হায়না হংবদা, হাওম্নুবীহুনা চৌংজেপ অহুদনি হায়না তাক্লবদা, মকম অহুন্নাইদা কোয়না য়েংই, থৈবোং পাম্বী উবা ফংদে।

হন্নিনা থোজান পীবিন্নগে হায়না, মালংবনা চৌংজেপকী য়াংগেন শমজি থায়হুনা, হন্নিনা লৈবা মকম উনবা তাকপিন্নকই। কার্ত্তানা য়াংগেন শমজি থায়বা লম্বী অদোমদা য়েংথখিবদা, য়াংগেন মরক্তা হন্নিগী শকথোং নিংথিজববু, মঙলান জান্দা উজবা মশক অহুবু ওইনা লেপহুনা লৈবগুম্না উন্নক্লে।

কার্ত্তা মহারাজনা চেম্থখিহুনা, হন্নিগী চরণ কোম্নুনা ওন-থোইনা কপহুনা লৈরক্লে। অঙম্বা প্রজাপুম্বা মহারাজগী মতুং ইন্নক্তুনা চৈল্লকপদা থৈবোং অহুবু উবা ফংলক্লে।

অনন্তশাই মন্ত্রীনা, ইজা ইবুঙো লেঙথংলো, থৈবোং অসিবু করম্বা মওংনা সেবা চংবা য়ানবা ভৌরসি হায়না হঙ্গৎপদা, থৈবোং পাম্বী হায়বা রাহু ভাবদা কার্ত্তাম্নু বুদ্ধি তারক্নুনা, পান্নেল থৈবোং অহুবু হন্নিগী মুর্ত্তি ওইনা উহুনা, থা ২ বু মকম অহুদা লৈহুনা সেবা চংহুনা লৈ।

মতুংদা খুম্বোং চন্দ্রসিদ্ধান্তনা য়েংহুনা, থৈবোং অসিবু য়ান্নবা মী থম্নহুনা, লমতা থাগী সংক্রান্তি ১৬, থাবান ২২ নি পানবা মুমশকৈশা মুমিং তরং তরং হুন্দোম্নকপা মতমদা, মনা য়াথং পীহুনা, হৌনবী পুরুম ঈরাং পুজা লোইহুনা, লমদম অহুম্মী পাঙম্বম ওমাসিং কৌম্বা নিপা অমনা, থৈবোংদা থাঙ থারে।

থৈবোং পাম্বীদা থাঙ হেক থাবদা, থাঙকমদগী ঈনা অথকপা লৈতনা ইঙাং ভাংনা চেম্বরকখি। মতৌহু উবদা কার্ত্তা মহারাজনা থাঙ লেপথো হায়না লেপ্লে।

অঙম্বা প্রজা চঙহুনা থৈবোং পাম্বীদগী ঈ অহু লেপ্লবা মানা মানা খঙজবা হোৎনবদা ঈ লেপ্তে। মহুদা কার্ত্তানা ইপু পণ্ডিত অনিমক! কর্য়ো হায়রবদা—,

রাজোই খেমানা হায়, হে মহারাজ। মনা কোকথোন্না য়েংলগা ব্রহ্ম নামনা থিংবিনবা ভাস্কর শর্ম্মব খিংহনবিরু, মানা থিংলগা য়াগনি হায়না হঙ্গংলি। মহুদা ভাস্কর শর্ম্মনা থিংবদা ঈ অহু থকলে।

কার্ত্তা—করিম্নীনো ইপু পণ্ডিত হায়রবদা।

খেমা—মহুদি লাজোন লুখোই পণ্ডিতনা খঙগনি, মঙোন্দা হংবিবনা ঋগলি।

মতম অহুদা কার্ত্তানা লুখোই পণ্ডিত খিবদা কংদে। লুখোই পণ্ডিততি খেবচৌংগী লোক শুরুংদা সনাহল পাথংবা তম্নংবা থুমন নিংখৌ তুবী লৈহনবগা উনহুনা, মায়ম ভাংনহুনা লৈরম্লে, পণ্ডিত খেমানা কৌথোক্লে। মতাং অসিদা শীংথা পুরাণগী য়া থম্না নিংশিংলি।

# মীংথা পুরাণগী বা

লুখোই — থোংবা ছি মাইবা ! রাজোই থেমা ! পামেল থৈবোংসি য়ানবদা ঈ থোক্কদৌরি. ঐ হ্রাওরোই হায়রম্নগা চথোকখি। ছরিগী শক্তম থৈবোং পাম্বীনা ছোকম অতুগী নোংচুপ পাংবদা লৈবা খেবচীংগী লোক গুরুংদা. সনাহল পাখংবা তরুংবা খুমন নিংথৌ তুবী লৈহনবা উনগে লাক্লে। গুরুং মপাদা খুং ২ লোয়নহনা পুক্তম থৌনিনা হায়জরকই। হে ইবথৌ পাখংবা ! কোরৌ নোংদোন থক্তা য়াহিপ্পা, মালেম থক্তা চাক্তাবা, চক ও মক্তা লাংওন লীলা শাম্নরকপা,

ননাই লুখোইনা নখোঙ খাদা পুক্তমজরি, অমুক্তা লেঙথোক্‌-বিরকউ। মতুংগী লাকয়েল গুমদাই রাবু হংজগে। গুরু থোংনাং খাবদস্থ হংহৌদরে। রাসি হায়দনা লুখোইনা হম্না হম্না মবথৌবু খুক্তম লৈপায়জখি।

লুখোইগী রাসি তাবদা, পাখংবা খাঙবা য়াদহনা গুরুংদগী থোরক্লে।

পাখংবা— লুখোই ! নং লাকপা ফুঙাইরেদা। করি হায়নিংবা লৈবগে হায়মু?

লুখোই— হে ইবথৌ ! ননাই কাম্ভ' নিংথৌনা য়ানগদৌরিবা পামেল থৈবোং অসিবু, লাই কয়া শাগদৌরিবা? শ্রীগোবিন্দ

হায়বা লাইসিগা থানা চহি কয়া লৈগদৌরিবা? করম্বা মতমদা নোঙ্গাখিগনি? কার্ত্তা নিংথৌগা থানা নিংথৌ কয়া লৈগদৌরিবা? শুরু খোংনাং থাবা খুপথরে। শৈরেং পাউরৌসি ননাই ঐঙোন্দা তাকপিয়ু। হৌখিবা, লাক্কদবা খঙবা ইবুধৌনি। লুখোইগী রাসি তাবদা,

পাথংবা—লুখোই! ঐস্থু পামেল থৈবোং অসিদা লৈরিবা গোবিন্দ হায়বা লাইসিদা ঐস্থু চঙলগনি। কুইররোই। নংনা হংবা পাউরৌ পাউতাক শৈরেং অদু নঙোন্দা তাক্লমগে, হন্দকী পামেল থৈবোংসিনা শাগদৌরিবা লাইদি—,

(১) বিজয়নাথ বৈকুণ্ঠ নারায়ণ কৌবা ১

(২) শ্রীগোবিন্দ গোলোক নাথ কৌবা ১

(৩) গোপীনাথ কৃষ্ণ কৌবা ১

(৪) মদন মোহন কাহ্নাই কৌবা ১

(৫) লালা নিত্যাই কৌবা ১

(৬) অদ্বুপ্রভু হায়বা ১

(৭) অদ্বৈত গোপাল কৌবা ১

লাই ৭ অসি শাদৌরি। অদুগা পামেল থৈবোংগী লাইসি—কার্ত্তা নিংথৌগা থানা নিংথৌ ১৯ শুবা ফাওবা নবুঙোসি লৈহুম-গনি। মহুদ্রা পানবা নিংথৌদি—,

১। কনা হৌবা—(কার্ত্তা)

২। ল না হৌবা—(লাবণ্যচন্দ্র)

৩। ম না হৌবা—(মধুচন্দ্র)

৪। চ না হৌবা—( চৌরজিৎ )

৫। মা না হৌবা—( মারজিৎ )

৬। হু না হৌবা—( হুইগ্রোম সুবল )

৭। যু না হৌবা—( যুমজাও তাবা )

৮। গ না হৌবা—( গম্ভীর সিংহ )

৯। জ না হৌবা—( জয় সিংহ )

১০। য না হৌবা—( যতু সিংহ )

১১। রা না হৌবা – রাঘব সিংহ

১২। খা ,, ,, —খাবা ভদ্রসিং

১৩। ন ,, ,, —নরসিংহ

১৪। চ ,, ,, — চন্দ্রকীর্ত্তি

১৫। শু ,, ,, —শুরচন্দ্র

১৬। কু ,, ,, —কুলচন্দ্র

১৭। চু ,, ,, —চুড়াচান্দ

১৮। ব ,, ,, —বোধচন্দ্র।

১৯। ও ,, ,, —ওকেন্দ্র

অকোনবগী বনা হৌবা নিংথৌ অসিনা পানবা মতমদা, কার্ত্তানা য়াল্লিবা পামেল থৈবোং অসিগী মখোঙদগী পামেল থৈবোং অমামুক হৌরকনি। মতু য়ান্দুনা বৈকুণ্ঠ নাথ কৌবা লাই অমা অমুক লিংথতুনা পুরুম থৌনিজরগনি।

মতুং থরা লৈরগা, লৈহল্লিনা কোনবা লমদগী অমুরহা ১ অমুক য়েন্দা অঙনবদা লক্তুনা লাইমাঙ থোঙ হাংদুনা গোবিন্দবু শোক্রগনি।

শায়োন অমনা নোংপোক হায়ম পাংনা লেলবাই ( ইরিন ) তুয়েল লান্দ্না নোংগাথিগনি ।

লুখোই। গুরু ৭ থোরক্ত্না অরিবা থুবম শেম্লগদোবা মতম হায়গে। মতুংদা সেলোই তকুপ চীং শেনজং চীংতোম্বোক অসিদা লাইশঙ শারগা সোলোই চীংগী লোকমাঙদা থাবল লীয়োল শক্লনি।

নবুধৌ ঐগী চৈবী তেমথেংনা গুরু লম্পাক্তা থগোক হাঙম চন্দ্না নোংগায়গনি। মতুং ও না মমিং হৌবা, ঈরম শেংদবা শেনবী মুকাকলৈনা নিংথৌ ওইরগনি। কুমজা ৪ না মাগী চাকতোন ফিদোন লোমলনি, মহাকথক্তা পু ৩ চায়নরগনি।

ককচিং মৈরম পাং; থাংহি ঙাঙোই পাং অনিসি তাক্লগনি। মতুংদা অরাং চীংথৈ লাল্লুম্বা থাংমৈ মারহনবা গ না মমিং হৌবনা, থাংমৈ মারহনবা মাকমৈ পাংনা, থোঙদা খোঙগাতুনা, কংলা মোংবী ইকরা ময়াগদা অনৌবা যাত্রা হুন্না কুমজা ২৭ পাল্লগনি। মহাক্তো থাগেম্বা লাংওননে। মতমতুদা নখোয় পণ্ডিত ৭ থোরক্তুনা অরিবা থুবম শেমতুনা লৈবাক মরা তপ্না পাল্লগনি শোয়ফদে।

লুখোই! চৎলো, মতমগী খোঙলৈ ওইরে; পামেল থৈবোং য়াম্লে। ঈ থোক্লে। উ পামেল থৈবোংদা চঙলগে। পাউতাক শৈরেং অসি তাক্লগা পাথংবা মাঙখ্রে।

খেমা—( খেবু চীংগী লোক গুরুং মপালদা লুখোই উনতুনা ) পণ্ডিতপু কার্তা নিংথৌনা কৌরু হায়দনা লাকপনি, চৎলসি হায়না পণ্ডিত ২ পামেল থৈবোং মখোঙদা থুংলরে।

লুখোই - খেমা ! ঙসিদগী নংগী ঐগী মতম লোয়রবনি । ঙসিদগী ঐগী ঐগী লাইনীংঙমদা কুমহুনা, লাইনীং পৱৈ চেৎনবা তৌরসি, খঙদবা লম্বী খঙনীংবা অহুক ভাল্লমসি । অসি হায়না মখোয় অনী লাক্লে ।

কাওঁা —ইপু পণ্ডিত ! থৈবোংনা ঈ থোক্লিবগী ময়ম কৱিনলো ? অহুগা অতৈনা থিংবদা য়াদ্রিবসিনা কৱিনলো ?

লুখোই—ইনিংথৌ ! নবুধৌ গরীবনিৱাজ সনা হাক্তক্কা, ব্রাহ্মণ ময়াম ব্যবস্থা ফম হাপ্পগী ময়মদা মুল্লে । নবুধৌনা হায়এ, হে ব্রাহ্মণ ময়াম ! শ্রীমদ ভাগবতকী অর্থ তৌবা ঙম্বনা ব্যবস্থা ওইবিয়ু হায়রবদা ব্রাহ্মণ ময়ামহু অমত্তা ঙম্মদ্রহুনা তোরখি ।

মহুদা ভাসপতি ভাস্কর শর্ম্ম হায়বা অহুনা কাইনা চীং অসিদা সরস্বতী নীংহুনা, লাইরেম্বীগী থৌজাল্লা ভাসপতিনা ভাগবতকী অর্থ খঙহুনা মাবু ব্যবস্থা হাপখি । ময়ম অহুগী লমদমসি ভাসপতিগী সিদ্ধি ফংফম্নি হায়হুনা চীংসিগী মমিংম্বু ভাসমুখ পর্ব্বত কৌই । অহুগা লমদমসিগী মপু ভাসপতিনি হায়বসি খঙহনগে হায়বগী, শক্তি অসিনা, অতৈনা ঈ থিংবদা য়াদ্রগা ভাস্কর শর্ম্মনা থিংবদা য়াবনি ।

হে মহারাজ ! থৈবোংনা ঈ থোক্লিবসি, থাওফম লক্তবা মফমদা, শক্তি অমগী লুরাইদা থাঙ থারুবনা ঈ থোকপনি । পামেল থৈবোংসিদি শক্তি অমত্তা নওে, শক্তি ৬ না চোংথোক্তুনা হৌবনি । অহুনা মরু য়াওনা ফুরুবা তৌবিয়ু ।

হে মহারাজ ! মফম অসিদা মহাক্তদা মহাক ওইবা মশক অমস্তুং লাকখিম্রি ।

কার্ত্তা—ইপু পণ্ডিত ! করম্বা মতমদা লাকদগে ? মরমতু তাকশিন্নু । মতমদগী লম্বী ওইনরা ।

লুখোই—হে মহারাজ ! চহি মতমদি হায়রম্নরোই, মতু তাক-ওম্বা মতম সনা হাক্তক্তা লাকখিনি । লৈবাকী থৌরমদি হায়রম্বগে । হে মহারাজ ।

রাকোল্লো, রাকোল্লো ! চীংদা তাবা রাকোম্না

তমদা তাগে হায়রক্লে । রাকোম্না কাপ্পা লিকাপ্পা

রাকোন কনোয় নোয় । পাখ্রা লুখ্রা তুনানবী

রা খং খংতোক্লে ॥

হে মহারাজ ! লৈবাকসি মওংসি থোক্লখিগনি । মতুং-থোক থোরকপদা মহাক্তনা মহাক ওইনা মশক অদুবু, অরাং লাল্লুম্বা থাংমৈ মার হনবা খোঙগাবনা কংলৈ পুঙ্গময়োন্দা দেপতুনা খুম্হোক খুনশেম-হল্লনি । অমুৎপা মশক শেম্নখিগনি । মশক অদুবু শেমলগা লৈবাক মরী তপ্পগনি । মউ মখোঙ মাঙলবদি লৈবাকী মরু তংলনি, হায়রগা খেমাগা, লুখোয়গা থুপথি ।

মতমগী পাউজেল ইন্না চৎনবা থৌরম শীনখিরো । অসি হায়না লুখোইগা খেমাগা চৎখ্রে ।

পণ্ডিত ২ না চৎপ্রনা মতুংদা, থবক মরমপুম্বা ভাসপতি ভাস্কর শর্ম্মগা খুম্বোং চন্দ্রসিদ্ধকগা অনিনা, পণ্ডিতনা তাক্লম্বা মতুং ইন্না শীম্নতুনা, মরুগ: য়াংনা থৈবোং পাম্বীতু ফক্লে । থৈবোংমতু চীং লাম্না প্রজানা চিংলক্তুনা লংতুম খুনগী ইরিন তুবেন্দা থাদতুনা চিংতুনা পুরকই ।

থরা চৎলগা ঈরিন তুরেনগী ঈরেন অমদা থৈবোং পাম্বৈহ অহিং অমা লুপতুনা লৈখ্রে; তিংখৎপা য়াদে। মতুদা পাথংবা লাইবু থৈবোং পাম্বৈদা চঙখ্রে। উনা লুপ্রা মকমনি হায়বগী লমদম অহুবু উরূপ হায়না কৌথি।

নোংঙাল্লগা থৈবোং পাম্বৈহ চিংহুনা পুরক্লপদা মফম অমদা হরিগী পেন্নবা অর্ত্তি তৌহুনা কৎলি। হরিদা আর্ত্তি তৌহুনা কৎপা মফমহুনা আরাপ্তি হায়না খঙনখি।

অস্নুন্না লৈবাক প্রজা হৌহুনা থৈবোং পাম্বৈহ চিংলক্তুনা পুরক্লগা লাংথবাল চীংথক্তা চিংখৎতুনা থমই।

শকাব্দ ১৬৯৮, খৃঃ ১৭৭৬; মাইস্নাম খোঙমনা চৈথাবা কুম, শক্তিবু থাগী পানখৎলকপদা, মবুথৌ গরীবনিৱাজ নিংথৌরেল্লা লাংথবাল চীংথক্তা শারম্বা সনা সঙ্গাইবু কোইনা চৎতুনা য়েংলগা অমুক হন্না শেমহুনা, চীংয়াগী চীংমায় মতা চাবদা; চীংমায় লোকমায় খুদিংদা হৈকোন-লৈকোন শেমহুনা, হরিগী সেবাগীদমক থৌরাং তৌরে। অহুগা বিষ্ণুপুর লমাংদোং কোম্নংদা কার্ত্তা লৈখ্রে।

শকাব্দ ১৬৯৮, খৃঃ ১৭৭৬ কী মেরা থাদা থৈবোং কংলে হায়বা পাউ লাক্লে। মতম অহুদা কার্ত্তাবু লমাংদোং কোম্নুংদগী লাংথবাল কোম্নুংদা হোংলক্লে। কার্ত্তা হায়বা মিংদগী লৌহুনা লাংথবানবু কাঞ্চিপুর সনা কোম্নুং হায়না মিংওনখি।

লাই শাবা খুৎহৈবশিংনা থৈবোং অহু পাদম থাহুনা কক্লে। অহানবা উকক্ অহু মহারাজনা য়েংবদা নিনবা ( রাংবা ) থরা

ন্নাংলি হায়রদুনা উকক্ অদুদগী খন্না নিনবা হেন্নবা উকক্ অমগা কক্রে।

কাণ্ড।—মকক্ অনিসি মথং মনাও কায়দনা, হান্না কক্পনা হান্না শাউ, কোন্না ককপনা কোন্না শাউ. মওং মতৌদি অমত্তা ওইরগা, নিংবগী মরমদা অথোই অহেন নাইনা খন্না খেন্ননা মুর্ত্তি লাকপা লোইরে।

ওন্থোকপনি। পাদম থাবা মতমদদি মান্ননা থারগা, কক্পা মতমদা অথোই অহেন নাইবসি, অদুগা অহানবগী মকোক্কী অস্বিু সেবা চংচনিংবনা নিনবা ন্নাংনা থোক্লিবা অসি ইবুঙো নংগী লীলাসি খঙলে, মুর্ত্তি ২/৩ থোক্লা পূথোকে হায়না নীংদুনা লম্বাসি থোকহল্লিবোই। অসুন্না খন্দুনা লাই শারসিংদা থৈবোংসি মুর্ত্তি শাবদা য়াগদবা মথৈ য়েংদুনা মকক্ কক্লো হায়না সনা য়াথং তাক্রে।

সনা য়াথং মতুং ইন্না খুংহৈবশিংনা পাদম তৌদুনা মকক্ ৩ অমগা কক্লে। মক মকোক অদু খুংলাই থাবদা মৈ ফুং ফুং হৌদুনা মুর্ত্তি তম্বা য়াদে। মনমসি সনা চরন্দা হঙ্গংপদা, মকদু মকম চানা অদুম থমখো, শক্তিদুগী মতম ন্নাংলম্নগনি হায়না মকক্ ৫ অদু মথং মনাও কায়দনা মুর্ত্তি শেম্নবা তৌরো হায়দনা, মথং-মনাও নাইনা মুর্ত্তি শানবা হোংনখি।

মতম অসিদা পণ্ডিতশিংনা খন্নে। গুরুশিং অপুম্বা লোইনা থ্পক্রে। অদুগা ইন্দক শক্তি ৬ থোক্কদৌরিবা অসিগী মরমদা ঐথোয়না ইখন খন্নদে। শক্তি অসিনা অফবা, ফত্তবা অপুম্বা

শীনবীরগদবা শক্তিনি। ঐখোয় লৈবগীসু খোইনা কান্নবসু খঙ-লয়োই। ইরা-ইপাউসু চংনয়োই। হৌজিক্তি চীয়োন খায়োন হৈবনা অহৈ-অশিং ওইদৌরি। খঙদবা ঙমদবা পুম্বনু ঙমজনবা মীতৈ নিংথৌ মরাইবক ফাবা কার্ত্তা অসিগী মফমদা গুরু ২ নসু শিয়খ্রে। থৌ পুনবা মশকসু গুরু ২ না তাক্লমলে। হৌজিক্তি নখোয় ঐখোয় চংলসি হায়না য়ুমাম তোম্বনা হায়, মতুংদা পণ্ডিত পুম্বসু চুমই হায়রে। পণ্ডিত অপুম্বা লাইনিং হৈগ্রু মখোঙদা চংলগে।

১। থোংবম হি মাইবনা হায়, পণ্ডিত পুম্বা, ঐদি নম্বোন হৈবী মখোঙদা লৈরমগে। উনবদি অরাং সেকমাই খমপাং লাইরেম্বীগী উকোন্দা নখোয় ঐখোয় পুয়সি। পামেল উয়ুং ওইনা হৌছুনা, পামেল উয়ুংনা তুবা মায়কৈ খুদিংদা নখোয় ঐখোয় থোক-ঙমতুনা, গুরু ২ গী হৈনা থোঙ্গুল লীঙমসি হায়রম্নগা চংখি।

২। শামুরৌ চিগোংনা, হিয়াংথাং লাই উকোন, হৈগ্রু মখোঙদা লৈরুগে হায়না চংখ্রে।

৩। য়ুমাম তোম্বনা, ঐদি তেরা কৈথেলগী তেরা অঙোবা মখোঙদা লাইনিং লম্বী তম্নমগে, হায়দনা চংখি।

৪। কমেং ফদিবনা, মাকলাং হৈবী মখোঙদা লাইনিং লম্বী তম্নমগে হায়না চংখি।

৫। য়াংঙু বাজিনা, ঐদি গুরু ২ গী কুম্মৈ য়েংছুনা, লোক-লাউবুং হৈবী মখোঙদা লাইনিং লম্বী তম্নমখিনি গুরু ২ গী মফমদা হায়না চংখি।

৬। লাঙ্গোন লুখোইদি, থৈবোং য়াল্লমদাই, কার্ত্তা মহারাজগী মঙ্কমদা রায়েল লাংদাই কাইবিরোন কুম্বাবা শগুলেনবু কায়গম্ম, শগু অসিগী মপুদি ভাসপণ্ডিংগা, খুশ্বোং চন্দ্রসিদ্ধানতা, চন্দ্রমনিগা পুঙমহৌবা ওইসম্ম, ঐথোয়দি চংলগে হায়না, কাইনাদগী লাঙ্গোন হৈরো থবং মথোঙ য়োনা চংখি।

৭। রাঙ্গোই লৈশাংথেম খেমানা, লাংথবান তেরা অঙৌবা

কার্ত্তা মহারাজনা পাউ অসি তাহনা পণ্ডিতশিংবু উনগে, খামলুগে হায়না য়াঙ্গোই শগোল তোংহনা, লাইনিংফম হৈগ্রে মথোঙদা চেনখৎলকই। মতুদা পণ্ডিতশিং অমত্তা লৈরমদ্রে। কার্ত্তা সনা পুক্লিং মুডাইতনা ভাইহাক লৈ।

# শ্রীগোবিন্দ নির্ণয

চন্দ্রাব্দগী কুম শকী মতুংইন্না লৌহুনা শ্রীগোবিন্দগী জীমন্যাসগী মুমিং য়েংহুনা শ্রীগোবিন্দগী জন্ম কোষ্ঠিনচিংবা ইবা লোইরে। জীবন্যাসগী মতমদা কৎনবা হায়রহুনা খুন খুদিংগী হন্নু-নহা কৌখত্তুনা কবো খুম্বোংববু রাস লীলাদগী মহারাস হায়বা লীলা অদুবু তমহল্লে।

ব্রাহ্মণ রতন পুম্বনা যজ্ঞ হোম কৎতুনা শ্রীভাসপতি শর্ম্মনা শ্রীমৎ ভাগবতকী অর্থগা লোয়ননা পাঠ তৌহুনা হীয়াঙ্গৈ থাগী ১২নি পানবা ইরাই মুমিক্তা শ্রীগোবিন্দ জীবন্যাস তৌরে। জন্ম কোষ্ঠিগা চন্দ্রাব্দ কৌবা পঞ্জিকাগা কংলে। সনা-লুপা, যণবী-যন্নাওনচিংবা কৎতুনা শ্রীচরণ সেবাবু মুমিং অসিদগী কংলে।

## শ্রীগোবিন্দগী জন্ম কোষ্ঠি

এতচ্ছকীয় ১৬৯৮ | মাস ৭ | তাং ১ | অংশ ১২ | দিবামান ২৮ | ৪০ | ০ | ৫ জন্মদণ্ড ৭ | ৩৯ | দিনবৃন্দ ২২৬ | ২২৭ | অগ্রহায়ণ মাসে শুক্লা পক্ষে দ্বাদশাস্তিথৌ শুক্রবার দিবা এক যাম গতে এক দণ্ড প্রবেশে চং ক্ষনৌ মাহেন্দ্র দণ্ড চন্দ্রাদগুধিপে' ধনু লগ্নস্য শেষ ভাগে রেবতী নক্ষত্রাশ্রিত মীন রাশৌচন্দ্রে শুক্রস্য দশায়াং ভুক্তগতে প্রাপ্তবর্ষা: ১২ | ০ | | ২৩ | ১ | ১০ সঙ্কটা ভুক্তগতে প্রাপ্ত বর্ষাদি ২ | ৪ | ১৯ | ১২ | জীবন্যাস দিন ॥

কাইনা কৌবা ভাসমুখ গিরি চীংদা হৌবা থৈবোং পাম্বী পুজা তৌহুনা মরুগা লোয়ননা ফ্রুগা, কলিগী কুমশিং ৪৮৭৭ শুবা। যবিষ্ঠাব্দ ১৭৬৯। চন্দ্রাব্দ ১৯২ | শকাব্দ ১৬৯৮—খৃষ্টব্দ ১৭৭৬ ইং-রেজী শক। অসিগী হৈস্লাম থোঙমনা চৈথাবা কুম অগ্রহায়ণ (হিয়াঙ্গৈ) থাগী ১২ নি পানবা ইরাই মুমিংত্তা, সাপম লক্ষণ সিংহনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌখি, লাংথবাল কাঞ্চিপুব কোম্নুংদা।

শ্রীগোবিন্দ নির্পণ কৌবা পুরান্দা হায়বনা, রাংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌই হায়। মসি রাংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহনা ভাগ্যচন্দ্রগী মঙদা শ্রীগোবিন্দ মুর্তি উবহু মান্না তমহুনা যেন্নগা মহুগী মতুং ইন্না সাপম লক্ষণ সিংহনা থৈবোং-দগী মুর্তি শাবা ওইবা তাই।

ব্রাহ্মণ রতন পুম্বনা কার্ত্তা মহাবাজবু শ্রীগোবিন্দগী থৌগল সেবা ফংবদা, মরাইবক ফবা নিংথৌনি হাযহুনা ভাগ্যচন্দ্র হায়বা মিংথোল অসি পীবে, থোনখি।

অস্নুম্না শকাব্দ ১৬৯৯ | খৃঃ ১৭৭৭ সেকমাই মুঙাগী কুমদগী মণিপুরী মৈতৈ পুম্বা রাধা-কৃষ্ণ উপাসক মাধ্বাচার্য্য সম্প্রদা, নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়, বাড়ী (পবিবাব) হায়না খঙনবে।

মতম অসিদগী মণিপুবগী মক্কম মফম থুদিং, খুন থুদিংদা রাধা কৃষ্ণ লিংখৎতুনা, লাইশঙ মাণ্ডব শাহুনা, হরি সংকীর্ত্তণ তৌহুনা সেবা চংলে।

শকাব্দ ১৭০১ | খৃঃ ১৭৭৯ শুবা লাংথবাল কোম্নুংদা; মন্দির মাণ্ডপ শাবা লোইহুনা, হিয়াঙ্গৈ থা ৮ নি পানবা ইরাই মুমিংকী

পুং ৯ তাবা মতমদা, শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা মন্দির, মাগুব ফৎতুনা, মপ্পম অসিদগী ১। বিজয় গোবিন্দ ২ গোপীনাথ ৩ ; মদন মোহন ৪ | অমুপ্রভু হায়বা লাই ৪ গী মিংছুন মিংলেন্না জীবন্দাস তৌতুনা, মন্দির মন্নুংদা, শ্রীগোবিন্দগা লোয়ননা লাদ ৫ লেঙশিন্দ, কাপ্তা মহারাজসু বিষ্ণুপুর সঙ্গাইদগী কঞ্চিপুর সঙ্গাইদা হোংগৎতুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌতুনা চাননা লৈরে। হিয়াঙ্গেগী পুর্ণিমা মুমিগুা শ্রীগোবিন্দদা মহারাস কৎলে। মসিবু শ্রীগোবিন্দ অভিষেক হায়না থঙনৈ।

নোংভাল্লগা কাও'না মতোন ইবুঙো আনন্তশাই মন্ত্রীদা বিজয়নাথ সেবা ফংবিবা মতম ওইরে হায়রবদা, মন্ত্রী আনন্তশাইনা হিয়াঙ্গে ১২ নি পানবদা সেবা ফংজবা পামই হায়দনা, মতোনগী নিংবা থুংনবা য়াখি।

বিজয়নাথ গোবিন্দবু হিয়াঙ্গে ১২ নি পানবদা সেবা ফংবা অসিদা কুমৈ ওইনা অউন কুমৈ অমা নিজগে হায়জবদা হমারাজনা য়ারতুনা, মুমিং অতুদা হৈগ্রু ১০৮ না লেংবা মালার বিজয়নাথ গোবিন্দদা থোনতুনা, হিদা তোংতুনা কোয়না লম য়েংলগা মনদিরদা লেঙশিল্লি।

মতৌ অসুম্না হিয়াঙ্গেগী ১২ নি পানবদা, কুম খুদিংগী বিজয়নাথ গোবিন্দগী হৈগ্রু হিদোংবা কুমৈ তৌদ্রিমখৈ হৈগ্রু চারমুসি, মতু চারবদি সুরাপানগা মান্নবা ওইনসি হায়না হায়নৈ। বিজয়নাথগী হি তোংদা লোইরগা পানা হিদান্নবা কুমৈ ওইসি। বিজয়নাথকী থৌগন প্পম্বা শ্রীগোবিন্দগী থৌগন কুমৈগা মান্ননা, মুমিং অমগুদা

কংপা ওইসি, অদুগা লমতা থাগী থৌগন কুমৈ অসিনা, লাই কৈথেল কাবা মুমিত্তা বিজয়নাথগী থৌগল মন্ত্রী অনন্তশাইনা কংখি ।

য়াওঙ্ম অশাম্বীনা পোকপা মজা ইবুঙো যুবরাজবু কৌখত্তুনা শ্রীগোপীনাথগী সেবা ফংজো হায়দনা পীনরে । মচাবু কালরাজ হায়না মিংথোন্দুনা নিংথৌখোংদা প্রজা পুম্বগা লোয়ননা শ্রীগোপীনাথগী সেবা শঃ ১৭০৩ । খৃঃ ১৭৮১ দা ফংহনখি।

শঃ ১৭০৪ । খৃঃ ১৭৮২ দা তাইমজম মক্রকপগী কুমদা নম্বোদা লৈবা রত্নাকর গৌরশ্যাম শর্ম্মা কৌবা অমম্মং হংঙোম য়ুমফমদা থমদুনা, লাইশঙ মাওব, কংতুনা শ্রীমদন মোহনবু সেবা পীনরে (হঙোই চুড়া হায়না খঙনরিবা, রাংখৈ লৈকাইগী নোংপোক্তা) ।

শকাব্দ ১৭০৫ খৃ ১৭৮৩ গুবা, রাহেংবম ওক্লাবগী কুমদা, মৈদিঙু কার্ত্তানা লাইরিক তাগনি হায়দনা লোয়শঙ খুদিং, নিপা অমনা ছন্দ পান্দুনা ইশৈগুম শ্লোক কুম থীদুনা পারগা, নিপা অমনা মত্তুগী মৈতৈ কংলৈ ইমা লোন্দা অর্থ হন্দোকুনা তাহল্লি । মাসিবু লাইরিক থীবা হায়বা হায়না, মখল মখা অয়াম্বা লাইরিক থীবা হায়বা তাবা হৌখি ।

# অরাম্ বম নিত্যাইনন্দ নির্ণয়

শঃ ১৭১৭ | খৃঃ ১৭৯৫ শুবা লাইরেম্বাম্বা কাঙগ্রাগী কুমদা কার্ত্তানা শ্রীগোবিন্দা কৎলবা লুকথোং মহাপ্রসাদিবু, কায়দনা পূহল্লগা মবুধৌ লাই পোনাওত্তা সনামহি লাইনিংথৌগী লাইশঙ মঙ্গুংদা পুশ্রিন্দুনা মবুধৌ সনামহিদা কৎলি ।

শ্রীগোবিন্দদা কৎলবা মহাপ্রসাদিহু, লাইনিংথৌগী মাঙদা হেক থম্বদা, শম তাবুল ১ লুক মথক্তা তোংহুনা লৈরম্রে। হুমিং অহু সনা পুক্লিং য়াম্না হুঙাইতনা অহুম মতোক্লে ।

নোংঙাল্লগা অমুক শ্রীগোবিন্দদা কৎলবা মহাপ্রসাদি অহু মবুধৌদা কৎলি । মহুদস্তু শম তাবুল ঙরাং য়াওবহু ইকায় কায়-দনা অহুম্মক য়াওরে । মহুদা হুঙাইতনা শম তাবুলহু লৌশিল্লগা থমউ হায়না থলজিল্লি ।

নোংঙাল্লগা অমুকস্তু শ্রীগোবিন্দগী মহাপ্রসাদিবু ফিরোল ৭ না কুপহুনা পুশিন্দুনা মবুধৌ সনামহিদা কৎলি । কুপলিবা ফিরোল্ল হাইদোক্তুনা য়েংবদা, ঙরাং-নহানগী য়াওবা শম তাবুলহু অহুমক য়াওরে ।

হিঃ করিনো, মতৌ অসিবু হায়দনা, ঙরাং থমখিবা শমহু য়েংলুবদা শমহু লৈরমদ্রে । শম পুনবা ফিহুদি মফমহুদা লেঙদনা লৈরমই । মরমদি উবদা সনা পুক্লিংচিংনবা কোক্লে ।

মরমসি ইবুধৌ সনামহিনা তৌবা মরম ওইরে। ইবুধৌনা য়াদবা ওইরে। অতুদি, করিননো, ইবধৌনা অথোইবা ধর্ম্ম গৌর-ধর্ম্মনি হায়না, ইবধৌ গরীবনিৱাজদা তাকদিরগা, ময়াথংদগী চৎলগা, হৌজিক য়াদ্রিবসি করিননো হায়দনা, সনামহিগী লাইশঙদা চঙহনা, চাদ-থক্তনা, কুপতুনা লৈখ্রে। মরমসি তাকপিয়ু হায়জে।

সনামহি—মমঙদা মবধৌ সনামহি হায়, কার্ত্তা নংদি ঐবু কাউরয়াল্লে। ঐবু মূল্লা য়েংউ। নংনা তাইবং মপোক্তা পোকহনবদি, মতমগী ধর্ম্মগী খোঙচৎ ইন্দুনা, লৈবাক অসিদা, ঐগী মশকপু, মথা মিংলেন শঙ্খোকনা থম্নবা হায়বগীদমক পোকহনবনি।

ঐ অসে হয়িচক (সত্যযুক্তা) কৌবা মতমদা, ঐনা অশিবা কোঙ্গেন তুখোকপা হায়না, লৈবাক অসিদা পাল্লি কৈলাস কৌবা চীংথক্তা, শিবা তুর্গা হায়না কৌদনা পাল্লয়গা, লৈবাক লৈবাক পাল্লিবা, অচং-চক্তা পুম্ববু অশিবা অচঙবা হায়না খায়দোক্তুনা, লাইথুং ১৩৮ পুথোক্তুনা জীব পুম্বদা য়েন্দুনা খঙহল্লমই।

লৈবাক অসিদা, ঐবু অত্যা য়াইবীরেন শিদবনা, চীঙু লাইগী খুবম শেয়মগে, তাইবং মশক ৭ থমহনগে খন্দুনা, অত্যা য়াইবীরেন শিদবনা, মহাক্কী য়েংথংবা লেংবানদা, ওকলাং লৈনা মীৎয়েং তাবদা, অত্যা শিদবগী স্বরনা য়ৈবদা, য়েংকী লেংবানদগী ঐ অসি খোরকই হায়দুনা, তাইবং মপোক্কা স্বরদগী পোকই হায়দুনা, স্বরনা মহি থোল্লে। ঐগী থৌঙম লাংঙন য়েংদনা, তাইবং মপোকনা ঐবু সনামহি হায়না মিং থোনবি।

হুয়াচক ( ত্রেতা ) কৌবা মতমদা, লৈবাক অসিদনা, কুপত্রেং হায়না মিংচুল্লে। অযোধ্যা লৈবাক্তা, কৌশল্যাগী মচা রাম হায়না কৌচুনা, পোক্কই।

থুম্নংচক (দ্বাপর) কৌবা মতমদা, লাই শিদবা হায়না থোরক-তুনা, লৈবাক অসিদা লৈবমই। গোলোক বৃন্দাবনদা, যশোদগী মচা ওইদনা, কৃষ্ণ হায়না মখল মথা অয়াম্বা লীলা শান্নরগা, মহা-ভাবতকী রস চুপ্তুনা শান্নবা ঐনি। মশক অমনা গোপেশ্বর কৌচুনা বৃন্দাবনদা লৈ। মিংলেম্না, হারে কৃষ্ণ-রাম মঞ্জরী রাধে কৃষ্ণ রাম রিধি-রিংক্লি' হরে॥ কৌধনি।

লাংবচক (কলিযুগ ) কৌবা মতুম অসিদা, লাই শিদবা পোই-নাওতা হায়না থোরক্তুনা, লৈবাক অসিবু নিংথৌ পান্নবা, মৈতৈ প্রজা লৈনবা শেমচুনা, তাইবং মশক্কা, পোৎতগী অথোইবা মশক্তি, সনা হায়বা অসিনি হায়চুনা, ঐবু সনামহি হায়না মিংতম্দুনা, লৈবাক অসিদা ঐ লৈরিবসিনি। নবুঙো ওইরিবা, রাধা কৃষ্ণ অনিগী হকচাংনা, অমম্ব ওইনা নবদ্বীপ্তা, গৌরচন্দ্র ওইনা পোক্লরে। অশিবা লাই বৈকুণ্ঠ নাথ শঙ্করযন্না, নিত্যানন্দ ওইনা পোক্লরে।

নবুঙোনা কলিগী লান্নবা হায়চুনা, জীবনা ফঙমত্রবা হরিনাম মহা মন্ত্রবু, পুথোকপিরে-হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥

শ্রীং নিত্যানন্দ মনসিদ্ধি ওইবা নামবু পুথোকপিরি, মহুনা—
ক্লী' ও' মীয়াল্লেন মীয়ান্তিং অফং অফা
ও' কৃষ্ণনেং রামেত্তিং হরি হর বিষ হর॥ কলিগী মহীরেন মন্ত্রনে।

অসুম্না মরমসি তাক্কনা, হৌখিবা যুগ ৪ গী ল্যাংওন পুথোক্কনা উহল্লে। অচুনা নংনা ঐগী নবদ্বীপ্তা লৈমিন্নবা মতমদা, হে নরোত্তম নংদা, নবুঙোগী লীলা শান্নবা শ্রীমুর্ত্তিগী সেবা পামই হায়খিবা মরমদগী, নবুঙোগী নাম অচুবু, লৈবাক অসিদা অনৌবগুম্না, শান্তি দাসবু কৌথোক্কনা, রামানন্দি, গৌরধর্ম্ম মথং মথং শন্দোক্কনা, ঐনা নবুঙো শ্রীগোবিন্দবু লুক চনবা মতমদা, নখোৌ ঐগী আত্মা শকতিবু, চাবা য়াওরে। মরম অচুনা, নংনা নবুঙোগী লুকথোং মহাপ্রসাদিবু, ঐনা চারম্বা লুখাক ওইবন চদবনি।

অচুনা, নংনা চিংনবা অচুগীদমক, ঐগী মুর্ত্তি ১, মতম থরা সেবা চৎচৌ, মতুদা জীবন্যাস তৌবা মতমদা, ঐগী হৌনবী শক্তি বীজ অচুগী খোয়দোদা চঙো, বীজনা লৈগদবা মফমদি জীবন্যাসগী মতমমা পীগে, হায়রম্লগা মাওখি।

মঙগী রাজুদা, কার্ত্তানা, থৈবোংগী মতোন লৈবচু মুর্ত্তি অমা শাবে। মুর্ত্তি শাবা লোইরবদা, জীবন্যাসগী থুমিৎ লেপ্লবদা, সনামহিনা কার্ত্তাগী মঙদা লাক্কনা অমুক হায়রৈ।

সনামহি—হয়েংদি জীবন্যাস তৌবা তারে, অচুবু নংনা করম তৌগদৌরিবনো? ঐগী বীজ ব্রহ্ম নাম চন্দ্রবদি ঐবু জীবন্যাস তৌবিগনু। নংনা কাংপোকপীগী, লতাকুতি মখোঙদা লাক্কনা লৌরো, মথুদা ঐগী বীজব্রহ্ম উনাদা তোংচুনা লৈরমগে। কুমজা থুদিংগী ঐগী চেং হৈবসি কাউগনু হায়রমই।

কার্ত্তনা মঙগী মতুংইন্না, শগোল তোংচুনা, কাংপোকপী কোন্থোজম ইথোন্দা, থুমিৎ তরং তরং থোকপদা থংলৈ

লতাকুতি মখোঙদা চঙতুনা য়েংবদা, লতাকুতি মনাদা, ইলং লংনা লিক্লাশুম পক্লুনা লৈরম্লে। বীজ ব্রহ্ম অহুবু লৌরগা, লাংথবান্দা হল্লক্লুনা, শঃ ১৭১৭ | খৃঃ ১৭৯৫ গী ফাইরেন থাগী ১৩ নি পানবা মুমিংকী পুং ৯ তাবা মতমদা, মুর্ত্তিগী খোয়দৌদগী খুদোল ১ কানা, ব্রহ্মবীজবু চন্দুনা, নাম তাক্লম্বা অহুনা ফারে, নামদি, —

লিন নংদি তাউরোইনাইনি। তাউরোইনাই নংদি অনন্তনি।
অনন্ত নংদি নিত্যানন্দনি। নিত্যানন্দ নংদি রাং রাধিকানি।
রাধিকা নংদি নিভৃত নিকুঞ্জবনদা ক্লী" শ্রীকৃষ্ণগা চেপখ্রে।
ওঁ অদৌ ব্রহ্মবৃক্ষ ওঁ নমো নারায়ণ রক্তবিন্দু।
মুহ মুহ ক্লী হুম ঔ হরি কেং ওঁ ক্লী" দ্রী য়" ওঁ স্বাহা ।।

বীজমন্ত্রসি খুংনিংথৌদা সোন্দুনা ব্রহ্মবীজবু চন্দুনা ফারে। নাম্না নিত্যানন্দা প্রভু হায়না থোল্লে। জীবন্যাস তৌহুনা মুমিং অহুদগী সেবা চংপা হৌরে।

মতম থরা লৈরগা, ফাইরেন থা চঙলকপদা, সনা কোন্নুংদা খুদম অমা নীরে। শ্রীগোবিন্দগা নিত্যানন্দগা অনিবু মন্দির অমত্তদা সেবা চংপদা, অনিবু অহিং অহিং কোদ্রেং হানবগী লাই ২ গী মনাক্তা লৈতুম মপৈ মপৈ পৈতুনা মুমিং খুদিংগী লৈরমলে। মরমসি সেবা চংপা ঠাকুরশিংনা মহারাজদা হঙ্গংলে। মতুদা ভাসপতিনা হায় শ্রীনিত্যানন্দবু হরি মন্দিরদগী লেঙথোক্কে তাকলি। লৈহৌডৈদা সেবা ফংথিবা মনাইবু লৈরিমাল্লে। মনাইগী মফমদা সেবা পীনগে থোরাংলে। মসিনদি সনা পুক্লিং মরক মরক্তা

খরা খরা লাঙবা, ঙিংজবা আপা থুংঙবা, পনদোল লোমদবা, অসুম্বা থৌরম খরা লাকদবা ওইদৌরি।

মতুংদা নিত্যানন্দ প্রভুনা কার্ত্তাগী মঙদা হায় হে মহারাজ ঐগীদমক রাগমু। ঐনা নংবু খং থাদোক্লোই। নংনসু ঐবু কাউ-গমু। মমাংঙৈদা লাইনা লৈথাকসি চাইথায়হুনা তাইবং খুঙ্গিংবা ঙমত্রেবদা নবুধৌ পাখংবনা তাইবং মশক ওইনা থোক্কনা নিংথৌ খুবম লেপ্পা মতমদা মুম অসিনা নবুধৌগী মখোঙ হাম, মফম থাই সেবা লুনা তৌই। অহুদগী ঐনা নবুধৌগী প্রজা য়াম্বা সেমগে হায়দনা লাই শিদবা পোইনাওতা হায়না থোরক্কনা পাখংবা নিংথৌগী মফমদা হৌখিবা রাফম পুম্বা হায়হুনা ঙমং লাইনা চাই-থায়ঙবা প্রজা ময়াম থোমজিন্দনা লৈবাক পানবা মুঙাইনবা হোং-নবদা নবুধৌ পাখংবনা ঐবু লাই শিদবা পোইনাওতা নংনা, তৌঙমদবা লৈতে, অদুনা গুরুনা মমাংঙৈদা থোনখি হায়না মিংহুনবু ঐহাক্না অমুক হন্না থোক্লগে, নমিংবু সনা মহিরেন কৌজগে হায়না ঐগী য়ুম অমা শাহুনা নিংথৌ মাগী মশাইগোন্দা থম্বিদনা, অরাম্বম হায়বা য়ুম, নিংথৌ মাগী সেবা লুনা তৌজরিবা কাঙবু অমবু, ইফম লাংদা থাহুনা, ঐগী সেবা তৌহন্দনা লৈমিন্নে।

অরাম্বম অহুগী ভক্তি সেবাদা, ঐনা পেল্লহুনা, ঐনা হায়খি, মতম অমদা ঐগা অমুক তিন্নহুনা লৈমিন্নসি হায়না ঐনা হায়খি। হৌজিক মতম ওইরে। অহুনা নংনা কংলাগী নোংচুপ পাংবা, কাং-পোকপী হায়বা মফম অহুদা, অরিবা অরাম্বম য়ুমদা ঐবু থিল্লু, ঐগী সেবা তৌহল্লু হায়রম্লগা মাঙখি।

মণ্ডলী স্নারম মতুংইন্না, কার্ত্তানা, কাংপোকপী খোয়াংথোং তাবা অরাম্বম মেস্কুরনী ইখোন্দা লাইশঙ মাগুব শাত্নুনা সেবাগীদমক পৌজ্ঞা ইখোল শেনহুনা কংলগা নিত্যাইনন্দা প্রভুবু অরাম্বমদা সেবা তৌহনখি ।

শঃ ১৭১৯ | খৃঃ ১৭৯৭ গুবা অসিদা শ্রীনিত্যাইনন্দবু অরাম্ব-মদা থাবা কুম অসিদা কার্ত্তা মহারাজস্থু কৌস্থৌজম ইখোলদা কর্ত্তমান গভর্নর বাংলা ওইরিবা মফম অসিদা কংলা কোম্নুংগী নোং-চুপ্তা লৈবা অসিদা সনা সঙ্গাই লাইশঙ মাগুদ লোয়শঙনচিংবা কোম্নুং শাবা লোইহনা কার্ত্তাবু শ্রীগোবিন্দগা লোয়ননা লৈখি । কংলা কোম্নুংদা লৈরমদে চঙলমদে ।

---

# উমদাই মৈতাই লাংদাই পুয়া লেগোন ৩গী বা

খৃঃ ১৭৯৮ ভাসপতি শৰ্ম্ম রত্নাকর গৌরশ্যাম শৰ্ম্ম খুম্বোং চন্দ্রসিদ্ধান্ত মনিরাম মখোয় ৪ না কার্ত্তা নিংথৌগী মফমদা হায়রে;

হে মহারাজ ! চহি ২০০ গী মতুংদা মৈবাকসি মরূপ ৩ থোক্লা গুরুগী মখোঙ ৩ শানা লেপ্পুনা মপা মচা খণ্ডনদনা য়ান্নহুনা শিনবা তারি ।

থাংহি ভাঙোই পু ১ । নোংপোক খপলাং পনশাবা পু ১ । অরাং লানলুম্বা থামৈ মারহনবা খোঙগাবা পু ১ পু ৩ অসি য়ান্নবা তারি ।

অরাং লানলুম্বা মারহনবা পুনা পোৎলোই অমা লেমহুনা অনৌবা যাত্রা হুন্না পানবদি পান.দৌরি । মউ মখোঙ থিহুনা অসিদা মপা মচা খণ্ডনা হাৎনহুনা পৃথিদা ঈ তাবা মরম অসিতদি মহারাজনা মৈরিঙৈসিদা কোক্লবা লক্ষ্মী অমতং শীনবিরমবদি মৈবাকী অরাবা কোকহৌগদ্রা নিংঙৈ ।

কার্ত্তা—ব্রাহ্মণ পণ্ডিত রতন অয়াম্বা ! মরমসি থোক্কদৌরিবা অসিবু মৈবাকসি করি দোষ মৈবা মরম্লনো ?

ভাসপতি মহুগী মরমদি তাবিয়ু মহারাজ ! নবুখৌ থাগেম্বনা শীংজমৈ থিঙেল থিংহুনা তুরেল লুকোই থৈবগী পন থিংবদা য়াত্রবদা গৰ্ভবতী ওইবী মুস্লিম অমুনহা অমীনা কৌবী অমবু পল থিংবদা য়াওখিবগী পু ১ ।

নবুধৌ চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইবদা, মহা ওইনা লৈবাক ঙাকখি, মতুদা নবুধৌ পাখংবনা মগুগী নহা ওইনা লৈবাক ঙাকচববু করম্না তৌরিবা, মগুগী য়েক্লা কনা লৈবা, কমদৌনা পানজরিবা থৌজাল নোংদম্বীগে হায়না, মুমিৎ য়ুংবা মতমদা, সনাগী শক্তি ওইনা কংলা সংগুরৈ মথোঙদা থোরক্ত্না কংলা অকোয়বা য়েংই নবুধৌ চরাই-রোংবস্থু লুক হাবদগী অস্থুম থোরকপদা, শক্তিগী শায়োন ওইবা মবুধৌগা উনরে। চুম্নগী শক্তি ওইববোই নীংতুদা কোয়তান তান্নতুনা তেননা থারে। নবুধৌ পাখংবনা তেনগী চৈনাখোল খাঙতুনা ঙাইহাক লৈবন্নগা মাঙখ্রে। মসিগী মরমগী পূ ১।

নবুধৌ গবিবনিরাজগী হাক্তক্তা, মহন্ত শান্তিদাসগী থৌইনশিন্দগী নবুধৌগী য়াথংনা পুয়া ময়াম খোমতুনা মৈ থাখিবগী পুয়া শক্তিগী পূ ১।

পূ ৩ অসিনা খুৎ লিংতুনা য়ান্নদৌরি। য়াম্বা, মপা মচা খঙন-দবদি হৌরক্লগনি, হাক্লা কুইররোই, চহি ২/৩ অসিগী মঙ্গুংদগী হৌরক্লগনি।

রার-সি তাবদা কার্ত্তা মহাবাজনা পুক্লিং অরাবগা লোয়ন্না, মরমসি ঙাকপিনবা শ্রীগোবিন্দবু ভক্তি তৌনা; মুমিৎ খুদিংগী হায়-জৈ। মতুদা মুমিৎ ৭ নি শুবগী মঙদা শ্রীগোবিন্দনা তাকপিখি মতুদি,

হে মহারাজ! নং অসিনা মীগীদমক রাবসি রাখ্রেদা। নংগী ভক্তিদা ঐ লৈবা, খাঙবা ঙমদে। নংনা হায়রিবা অতুদি চহী ২০০গী মতমদা ওইগদবা পূ ৩ গী লালনি। মতম অতুদি ঐ লৈররোই। নংগী মরমগীদমক মফমসিদা লৈগদবদি চহী ১০০ তনি। ঐনা মরমতু ঙাকপা মতম নন্রে। অতুবু নংনা মহায়রবনিনা; ঐগী মহৌশা হৌফমদা অমুক হন্না পামেল থৈবোং ওইনা হৌতুনা মতমতু ঙাইতুনা

নৈগে। ঐগী শক্তিনদি মতমতুদা ঙাকপা ঙম্বা নত্রে। অতুনা নঙোন্দা ঐনা উহনবদা নংমন্থু ঐগী ইশক শাবদা শাত্রিবা মশক মমিং অতু-ভনা, মতমতুগী ঈচেল থিংবা ওমগদবনি। মহাক্কি নিত্যাইনন্দগী মশক ওইন্নিবা মহাক্তনা ওমগদবনি। মহাক্কি ভক্তিগী মতুংইন্না মপোক লাংওন থোকওমতুনা পৃথিগী অকন্বা পাপ চেনবশিংবু লান-বীতুনা বৈষ্ণবতগী চাউনবা শীল্লিবা বৈকুণ্ঠ নাথগী শক্তিতনা ঙাকপা ওমগদবনি। মতমতুদা লানবীনবগী মশক ওইবা মহাকপু ঐনা থৈবোং ওইনা হৌরগা শক্তি অসিবু নির্পণ তৌতুনা নংগী অরাবা অসিবু ঙাক্লবা থোরাংগে।

মহারাজ! তেঙ্গোল ও দি থোক্তবদি য়াররোই। সোয়দনা থোক্লগদবনি। অতুগা খুংলাই পায়তুনা মপা, মচা খঙদনা য়ায়তুনা পৃথিদা ঈ তাবা মতুমথৈদি শক্তি অতুনা ঙাক্লনা, অমুক হন্না নৈবাক অসিবু শেমগৎতুনা পাল্লগদবা মহাক্কি।

মতমতুদা ওইবদি চরাইরোংবগী ঈন্না ওইও। চরাইরোংবা কৌবদি খাগেম্বা কৌএ। অতুনা নবুধৌ পাথংবনা লাংওনবগা নৌনা চুকফা-জৌও। ফমলেন লুচিং ফংগনি। ঐনা থোরকপা মতমদা ঐ অসি কবো ইথিং থোঙবান্দা চৎলমগনি। ঐগী ইহুৎ শিন্না থোকওন্না অতুনা কংলৈ পুংমায় লেপ্তুনা নৈবাকসি পানওমতুনা সেমওমহৌসনু। মাগী থৌরম তেংবাংনবা, মশক অমনা অহুম থোক্লনা কংলৈ য়াকা খুন্দিন-পুংদা তিল্লুকলম্নগা, নোংপোক লৈহৌচীংদা খোঙগাতুনা মহৌশাগী রা-য়েপফমদা লেপ্লতুনা, মথোয় অহুম্না মশক ৭ ওইওমতুনা, কংলৈ খুবম পুম্বা শেমতুনা অনৌববু অরিবনা সৌনমতুনা, অরিবা নৌনা খুম্থোক্লনা পানওমহল্লগে। মরমসি তাকপিরগা গোবিন্দ অনন্তধান ওইখি।

# ব্রম্মাংদোংগী অহৈতে প্রভু

শক ১৭২০। খৃঃ ১৭৯৮ দা, ব্রাহ্মণ কোকপৈ কৌবা অমনা শগোনবন্দগী খোংনাং হোগায়রবীদা শেল পুদুনা চৎচবা নিপা অমবু য়েথ্নুনা শিরে। রাজমহু কার্ত্তা মহারাজদা হঙ্গংলবদা, মহারাজনা ব্রাহ্মণ অসিবু লম হেনথ্রেদা, মানা হৌজ-হৌজা অরানবা থবক তৌবসি মশিং য়ায়ে, লম হেনমনখ্রে খম্না রাবক্কে হায়রবগী, নম্বোল হৈবী মখোঙ য়ৌনা পুথ্রো, ঐ লাক্কে হায়না থাখি।

রাসি তাবদা প্রজানা, হৈবী মখোঙ য়ৌখ্রো হায়রবসিদি, মাবু হাংপা, তারে হায়না খন্দুনা. মতমহুগী মীহাৎপুং হৈবী মখোঙদা ওই, অহুদা শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙলকত্রিডৈদা য়োকখোকনা খুদুনা ব্রাহ্মণ কোকপৈ হাংতোক্কে। মহারাজ লেঙলকপদা, ব্রাহ্মণ কোকপৈ হাংলম্লে, মহুদা মহারাজবু থরাই য়াম্না মুঙাইখিদ্রে। মসি প্রজাগী দোষ নত্তে, ঐগী দোষনি, মরমদি, হৈবী মখোঙ য়ৌখ্রো হায়বসি হাংলগদবনি হায়বা খন্দুনা মাবু হাংপনি, অমুম্মা ব্রাহ্মন হাংপগী দোষতি ঐনি খন্দুনা, মুঙাইতবনা, মৈদিঙু তীর্থ চৎনবা থোরাঙলে।

মহারাজনা মচা ময়াম কৌশিন্দুনা, মচাশিংবু চহি ৩/৩ নিংথৌ ওইনা পাম্নৌ হায়না, মচা অহুন লাবণ্যচন্দ্রবু নিংথৌ থুবম শিন্নরে। শঃ ১৭২০। খৃঃ ১৭৯৮ অসিদা

কার্ত্ত'া মহারাজনা হায় ইচাশা ! শ্রীগোবিন্দগী সেবা লুনা তৌ। গৌরচন্দ্র অনুপ্রভুদি ইপানা শ্রীধামদা পুথগে সেবা চৎনবা হায়দনা, মৈদিঙু অনুপ্রভু গা লোয়ননা সনা খোঙলেক্‌ু না লমাং-দোংদা অহিং অমা লেক্‌ু না লৈ। অহিং অহুগী মঙদা অদ্বৈতনা কার্ত্তা মহারাজ নংদি তীর্থ স্নান চৎকদৌরে, ঐবুদি নিপ'ণ তৌবি-রমগ্রে, ঐবু নিপ'ণ তৌরমখো হায়রে।

কার্ত্তানা হায় প্রভু ! করিগীদমক নহাক অসিনা কোন্না থোক্ক-দৌরিবনো ? মহুদা অদ্বৈতনা হায়, হে নিংথৌ ঐদি তোল্লবা ননাইনি ; ইবুঙোশিংনা মুর্ত্তি থোকত্রিবৈদা ঐনা হান্ন থোক্লিংদহুনা, থৈবোং মরুহ্ থুৎলাই থাবদা মৈ হৌহুনা চঙদবনি।

মহুদা কার্ত্ত'ানা হংই, করি মরমগীদমক কোন্না ওইগদবা শক্তিনা শ্রীমুর্ত্তি পুথোক্লবা থৈবোংহুগী মরু মকোক ওইরম্লিবা ?

মহুদা অদ্বৈতনা হায়রকই, হে মহারাজ, গোকুলনাথ, দ্বারি-কানাথ, বাসুদেব, শ্রীরাধিকা শক্তি মরিসিনা তিন্দু না মপোক অমা কলিগী মগুংদা পোক্লু না লীলা শান্নরগনি। মহুদা ঐবু, হু হরি হংস নাস্থু শোলহন্দু না লৈহল্লগা, শক্তি ৪ সিনা অমত্তা ওইনা নব-দ্বীপ্তা গৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌররে। মহুদা ঐনা গৌরচন্দ্রগী মকমদা নিজখি, হে নরোত্তম ! নংনা কলিগী নিংথৌ ওইদনা ভগবান গোবিনদনা দারুক মুর্ত্তি ওইনা থোকপদা চরণগী সেবা পীনবা দর্শ'ণ পিবিয়ু হায়না নিজে।

মহুদা দারুক মুর্ত্তি পুথোকপা অসিদা নংসু য়াওজরো হায়না থৌজানবীখি। মদুদা ঐনা শ্রীচরণদা নিজে, হনদক দারুক মুর্ত্তি

৪ না অবতারঃ তৌগদৌরিবা অসি ননাইনা থওবা ওমজক্রে হায়বা রাসিদা ভগবান্না তাকপিখি, মহুদি, মতমহুদা ওইগদবা শক্তিদিঃ ঐগী মশক ৪—গোকুলনাথ, বাসুদেব দ্বারিকানাথ, রাধিকা শক্তি অসিনা, ভক্ত নরোত্তমগী লৈবাক্তা চহি ১০০ চুপ্পা লৈহুনা বৈকুণ্ঠ নাথ সংকর্ষণগী মতম ওাইহুনা লৈগদবনি। শক্তি ৪ অসিনা অমত্তা ওইবা ঐ অসে, ভক্ত নরোত্তমগা লোয়নদা মাবা লৈবা মফমদা শক্তি ৪ মকী মণ্ডালবু পুরক্লো মাগা ঐগা লৈমিন্নরনি। মহুদা ঐনা ইবুঙোগী দারুক মূর্ত্তি ও যু দর্শণ তৌজহুনা লৈজরগা, শক্তি ৪বু চিংশিন্দুনা মহুং ইন্দুনা লেঙবিগনি হায়রিবা মহাপুরুষনা ওইবা মতমদা, ননাইবু দারুক শক্তি ওইনা পুথোকপিয়ু, মনাইনা চরণ সেবা ফংজগে নিজবদা থৌজানবিখি। ভগবানগী মশক ওইবসিংবু ঐগী হু" কাবদগী পোক্কদবনি হায়দনা ঐবু থৈবোংগী মরু লেনবু ওইরো হায়না নোংদম্বীখিবনা, ঐনা থৈবোংগী মরু ওইজবনি। নংনা নির্পণ তৌরগা নবুঙোহুগী সেবা ফংহল্লু হায়রম্নগা মাঙখি।

শঃ ১৭২১। খৃঃ ১৭৯৯ দা কার্ত্তানা কাঞ্চিপুর লাংথবান রাসমণ্ডলদগী থৈবোং মরু মকোক ; খুংলাই চণ্ডেহুনা হুন্দোক্লুনা থমখিবা মনাইবু লৌহল্লরগা, ফাইরেন থা ৬ নি পানবা মুমিংকী অয়ুক পুং ৭ তাবা মতমদা, "ক্লী" হুম্ হোরং হরি ওহোচি" নাম অসিনা ব্রহ্মবীজ চন্দুনা থৈবোং মরুহুনা শ্রীমূর্ত্তি অমা শারগা, জীবন্যাস তৌহুনা, সেবা ফংলে। মিংলেন্দি শ্রীঅদ্বৈত প্রভু হায়না মিংহুনখি। আদ্বৈত প্রভুগীদমক লাইশঙ মাগুব, লৌজা

ইথোলনচিংবা কংতুনা মফমতুনা ব্রাহ্মণবু সেবা তৌহন্দুনা থা এ
সেবা চংতুনা লৈরম্মই।

শঃ ১৭২২। খৃঃ ১৮০০ সুবদা কার্ত্তা মহারাজনা মনাইশিংগা
লোয়ননা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা য়োহনা, লাইশঙ মাগুব শাহনা
অদ্বৈতপ্রভুবু অমুক জীবন্যাস তৌহনা সেবা চংতুনা লৈরে।

নবদ্বীপ্তা ভারতকী মতমহুক্কী ভাইসরোইদগী পার্মিসন মতুং
ইন্না লৈফম ঙংহনা চহি ৫ সেবা চংতুনা লৈরগা তীর্থ কোয়না
লেঙই। হন্নক্কুনা অমুক অদ্বৈতপ্রভুগী সেবা তৌদনা লৈখি।

শঃ ১৭৩০। খৃঃ ১৮০৮দা তীর্থ স্নান অমুক লেঙই। মতুং
অসিদা নবদ্বীপকী মতুং চনবা শ্রীপাট ক্ষেত্র (মুর্শিদাবাদ) কোব
মফমদা মেরা থাগী হন্নি পানবা (শুক্লা তৃতিয়া) দা কার্ত্তা রাজর্ষি
ভাগ্যচন্দ্র মৃত্যু ওইখি।

লোইরে।


MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
IMPHAL
10637/man